# Achaiba Lei

(A collection of one hundred poems by J.S. Konsam)



আফাঙবা ঃ ইমাখোল পব্লিকেসন্স,
ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ
অরাং পোৎশংবম, ইম্ফাল, মণিপুর

অইবা ঃ জে: এস: কোন্সম
খুরাই কোন্সম লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

অহানবা ফোঙবা ঃ জুন, ২০০৭

কোপী মশিং ঃ ৫০০/- (চামঙা)

মখুম য়েকপা ঃ লৈমহল প্রেস, খুরাই লমালোং কৈথেল

মমল ঃ লুপা ২৩০/-

নম্ফম ঃ **লৈমহল প্রেস**
খুরাই লাম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

# খূদোল

## (লোয়নজরিবী লোয়নবীদা)

'' লিশাংথানা চেহ্নরক্লিবা পুন্সি ঈচেলদা নোংমতসু মশাগী ওইনা থবায় তানা মোমোন মীনোক তমজখিদ্রবী – মশাগী অয়ো-অনা অমদি অকি-অখং কয়াবু লোৎশিন্দুনা লোয়নবা মাবু সেবা তৌরিবী – পুনীংবা মায়কৈদা পুরিবা মতমগী ঈচেলনা নুংশি-ঈচেল শক্লা তাউথমিন্নদুনা লাকচরিবী – কল্লকপা কনানা মুনখিনি মীপায়জনা, পামজবা কনানা শুমখিনি ব্রাজনা অমদি চিংনজবা কয়ানা মরক-মরক্তা পূক্লীং-থম্মোইবু লাংহল্লবসু মাগী মপুরোয়ববু লোন্না-লোন্না মথানুংদা থমজনীংলিবী -- মরক-মরক্তা কায়নখ্রবী কনাবু তেংথাদুনা ব্রারীবু লীরুবদা নুংশি-মলোমনি খন্না পূক্লীংগী পোৎলূম খাঙজখিবী – চিক্লবা অহিংগী দৃশ্য কযাদা হৌখ্রবা থৌদোক কযাবু নীংশিংদুনা মরক-মরক্তা পিরাং শিহ্নমিন্নরিবী – লোয়নজরিবা মাঙোন্দা হংজনীংবা ব্রাহং হংঙমদনা, হাযজনীংবা ব্রাকৎ হায়ঙমদনা লৈজবী – মপুরোয়বগী অশোয়বা খোঙথাংদা করিসু য়েৎচবা ঙমজদ্রবী, করিসু ব্রাকৎ থমজদ্রবী, করিসু হঙ্গৎচগে খঞ্জদ্রবী – ইমুংগী চউরবা পোৎলূম কয়াবু কাউথোক্তুনা হঞ্জিল্লকপা খূদিংদা নোকমী-নোকমী, মোমোন মোমোন লেপকনবী – কোমগোম পুনবী শম্বুলদা মতম মতমগী লৈরাংশিংনা (তখেল্লৈ নাচোমনা, লৈহাউ লৈরেননা, চিনিচম্প্রানা, মচু মচুগী গুলাপনা, কবোকলৈনা, লৈবাকলৈনা, গুলামচাৎনা, মালিকানা, মধুমতিনা, কোমবিরৈনা, অপরাজিতানা, শনারৈনা অসিনচিংবা অতৈ অতৈ লৈশিংনা) শমলাংগী লৈতেং ওইনা কেজরদুনা মকা লাম্রবী মায়থোঙগা লোয়ননা নুংতিগী নৎত্রগসু মরক-মরক্তা পানমিন্নরিবা অইবগী পূক্লীং ইংথহল্লিবী – শকখঙদবী ওইরিঙৈ চরাংনরবা মীয়ামদগী তোখায়না নাইতোম তানা লেপচরদুনা মিৎস্রা-মিৎয়েংনা থম্মোইবু ঙাওহনখ্রবী – শিহ্নখিবা পিরাং

মীনম্বা য়াওদনা, চেম্বরিবা ঈচেল লেপ্পা লৈতনা, মতম-মতমগী খোঙলোয়দা ইরাৎচগে খন্না হিংজরিবী (অসিগুম্বা নীংশিংবা কয়া!) – পাম্মূবদৈ পাম্মূজবী, নুংশিবদৈ নুংশিজবী (মানদি খঙদনা পূক্লীংদদা থমজবা: মরমদি নুপী লুনা তৌবা নিপাদি মরূপ-মপাঙনা, নুপী অতৈশিংনা, শাগৈগী মৌশিংনা, ইচে-ইচলশিংনা, ইয়াম্বা-ইনাউশিংনা উশিত্তে!) – মীমাঙদা মতম অয়াম্বদা থীনা থীনা অইবনা চৈবা ঙমজবী, অইবনা মিৎ লাওথোকপা ঙমজবী – মতেং পাংবিনবা কনা য়াওদনা, ইমুংগী কূপ্লোমদা তূম্বা-চাবা মপূঙ ফাজদ্রবী – ৱাবদৈ ৱাজরক্লবী মচানিপা লমহৈনবশিং শেন্নবদা – মশাগী ঈগী মচা নিঙোল অমতসু মমিত্তা তম্লমদ্রবী, হেক পোকমিন্নবা মবূং-মৌপ্পা অমতা পীবিরমদ্রবী – অসুম্না পুন্সিবু লেনজরিবী – হো পুন্সিগী মরূপ!''

পুন্সিগী মরূপ অমগী পান্দম লৌরবী, থৱায়দা থৱায়গুম, হকচাংদা হকচাংগুম, সতিদা সতিগুম নীংনা থম্মোইদা কোন্দুনা থম্লিবী, থম্মোই অমতা ওইনা পূনশিনমিন্নখ্রবী, লৈনাগুম থোৎনা উজরিবী অইবগী লোয়নবী শ্রীমতি ''কোন্সম ওংবী থরোযজম নিঙোল লোইতাং দেবী''দা 'অচাইবা লৈ' কৌবা ঐগী শৈরেং লাইরিক অসি খূদোল তমজরি ॥

লোয়নরিবা তোল্লবা অইবা
জে এস কোন্সম

ইম্ফাল ইষ্ট,
তাং ৯/৪/০৭ ইং

# ব্রামাঙ য়াঞ্জবা



কবি 'জিলা কোন্সম'গী (পেন নেম: 'জে এস কোন্সম') মণিপুরি সাহিত্য লৈকোন্দা চাইনা চাইনা শাৎলুনবা কোন্দুনা থল্লম্বদগী থাদোরক্লবা 'অচাইবা লৈ' মফম শিন্বা থুংনা চাইথোক্লক্কুনা অদোমগী চায়গোয়নুংদা য়ৌরক্লে। হৌজিক থেংনবিরগনি কবি অসিগী শৈরেং ১০০গী লাইরিক অসিদা মমালৈবাক, প্রকৃতি, নুংশিরবা মরূপ-মপাঙগী, থোক্লিবা থৌদোকশিং, কায়নবগী শিন্থুরিবা পিরাংশিং মথং মথং ওইনা অমত্তা চিংখদনা। খঞ্জখিবনি অহান্বা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোকখিবা অদুদা - 'কবি অসি পীথোরকপা মগুন অমদি লৈবা মীশক্লি' অসুম্না। মদুমক চুমলে হায়না হন্দক্কী অসিনা প্রমান তৌরে। কবিদি ঈশ্বরগী মগুন পূম্নমক পুথোক্কুনা অচন্বা মীয়ামদা খঙহন্বা ঙম্মী - মদুমক্লি 'জে এস কোন্সম' দা লৈবা মগুন।

অহান্বা শৈরেং মিংথোল 'অচাইবা লৈ' দগী কবিগী পূক্লীংগী ওইবা মশাগী সাহিত্যগী কথোকপা অদুম্মক মমি তানা ইরি - কাচিন কোয়া শিন্থুংনা/ . . . . . . . . . . /চাইনা চাইনা শাৎলুরো/মখল মখলগী লৈরাংশিং ওইনা / . . . . . . . . . . /মণিপুরি সাহিত্য লৈকোন্দা/হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ-লৈচারশিং (লাঃ ১)॥

'ঙক' কৌবা শৈরেং অসিদা অমুক য়েংশি - ঙক! ঙক! ঙক!/ মঙক অদু নোক্লি/মঙক অদু শিজিন্নরি/ . . . . . . . . . . . . /করিগী খুদোং চাবা ফংনবা নৎত্রগা ব্রাংনা থাঙ্গৎপিনবা (লাঃ ৩)। ঙক অসিবু অতোপ্পা অমদনা ঙক অসিদা পন্থুংগী পুন্সিগী লিপুন পুনফম ওইরি - ঙক! ঙক! ঙক!/মায়থোঙনা নুংশিবা তাক্লি / মিৎস্নানা নুংশিবা খঙলি / চেকশিনবিদ্রবা ঙক্তা হুক্লি / লৈপরেং - পন্থুংগী লৈপরেং / নুংশি-পন্থুংগী লৈপরেং / (লাঃ ৩)॥

হায়নৈ শান্তি লাক্লে । লাক্লনি, পামসু পাম্নরিবনি। মতাং অসিদা 'ইম্ফাল সহর' মিংথোন্বা শৈরেংদা কবিনা মুরুম মুরুম শোল্লি মিৎ পেন্না উনীংলিবা/শান্তি কৌবা নহাকসে/লাক্লেদি হায় য়ৌরকপদি লৈতে/ কৈদৌঙে? কৈদৌঙে? কৈদৌঙে?/ মসিখক্তি তোয়না তত্তনা হংলি/ইম্ফাল সহর মশামক্লা অউবা খূদিংদা (লাঃ ৭)। শান্তিদি ঐখোয়না লাকহনগদবনি হায়বা ফজনা খঙহল্লি । অব্বাৎ অপা লৈতবা কবিগী লাইরিক্লি ॥

মথংদা 'লুচিংবা' কৌবা শৈরেংগী লুচিংবা অমা শৈথাবদা অসুম্না ইরি (নাইনু অসি অদোমসু কনানো খঙবরা য়েংবিয়ু ) – অহিংশা কৌই খূৎলাইদি নঙগী/মথৌ হন্দে, ময়া কুমদে/য়াল্ল-য়াল্লগা মথৌ হেনগৎলি / হাইর হাইরগা ময়া থৌগৎলি (লাঃ ৮)॥

পুন্সিগী মতাংদা কনানা করিবু হায়বা ঙম্বগে? অদুবু কবি অসিনা ট্রেজিদিগী অব্বাংবা থাক্তা মতাং অমদা শৈথারি । মসিমক থেংনরুবদা থম্মোইদা ব্বাহং অমদি হংলি – করিগী কৈদৌবগী শিন্থরক্লিবা পিরাংনো/ কনাবু ব্বারৌবনো, ইদোমনুংগী মৈচাকলা / ঐ খঙলিব্রা শিন্থরক্লিবা পিরাংসে / পুন্সি নঙসে ঙকইদি হায়নৈ/(লাঃ ১৩)॥

হিজম অঙাংহলগী 'লমন' দা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ – 'নুংশিবদগী নুংশিবা/পাম্মুবদগী পাম্মুবা/ইমা! ইমা! ইমাতনি'। মতাং অসিদা 'জে এস কোঙ্গম'না অসুম্না অমুক শৈথারি – তৈথোকপীরো ইমানা পিরাংসে/ চেন্থরক্লিবা লেপ্তুনা মিৎলুদ'ই/হরাউ মীনোক্তা লোয়ননা/থেমজিনবিরো নচাশিংবু ইমানা/ঙাইজরি ইমা'ই য়াথং / নখোঙ খূয়াখাদা নচাশিংনা / পীনবিয়ু ইমানা আর্শিবাদ/পুরক্লুবা নচাগী য়াইফনবা (লাঃ ৪০)। অঙাংহলনা মমা লৈবাক নুংশিবগুম কবি 'জে এস কোঙ্গম'নসু মমা লৈবাক নুংশিজে – অদুনা ফোঙদোক্লিবনি॥

খূৎশেম্না প্রকৃতিবু লম্বা তৌবা ঙম্বা হৌনদে হায়বসি মতাং অমদা কবিনা মত পীরি– লুপা থোকউ থোক্লবী/সনা থোকউ থোক্লবী/অমৃতগী মশক ওইরিবী/লোক্লুং লাইজ ঈশিং চাইবী /নত্তে মীওইবগী খূৎশেম/ খুদোলনি মহৌশাগী (লাঃ ৪৪)। এলেগীদা শৈথাবগুম মচে অমনা মনাউ অমা কায়নবদা তেংথারি – লাক্লরি নুংতি নুমিৎ খূদিং/ কৈরোয় লৈকায় নমান্নবীশিং /শান্নররি খূলোকপী য়ুমশাবী/ইমিৎসে থন্দ্রেদো ইনাউ য়াওদবনা (লাঃ ৪৫)॥

কবি 'জে এস কোন্সম'গী খূৎই অসি তোপ-তোপ্পা খূৎইনি কনানা হান্নসু ইখিদ্রিবা - য়েংসি অমুক মতম চুপ্পগী লৈহৌরগদবা পদ অমত্তং মনুং মতম চাদনা লৈমন চনখ্রবী কনাবু নীংশিংহল্লদুনা - লৈমন চনখ্রবী লৈনাশিংবু/য়েংজরি মিৎফম হোংদনা ঙসিসু/সংস্কারগী মৈরি-মৈশা/য়ৌরক্লি লেপ্পা লৈতনা হৌজিকসু (লাঃ ৫০)॥

হৌখ্রবা নহা ওইরিঙৈ তাঙ্কক অদুবু অমুক হল্লক্লরোই হায়না তেংথারি - ঙসিদি ইতাউনা চীংদা লৈখরে / পাখৌনা থাদা কাখরে / নঙনা অচৌবা ওইখরে / মানা ইরমদম থাদোকখরে / অসুম্বা ঙাক্তা ঙাইখরে / পুন্সি ঈশৈ শকমিন্নদরে/লাক্লরোয় অমুক হন্না (লাঃ ৫৩) ।

মশক নাইনা অর্থ খঙবা অমা ওইনা নুংশিবগী মফম অমা ৱাংনা থম্লদুনা ইরি - পোলোয়দি অমত্তনি হৌরকফম তিন্নদ্রবসু/চৎখ্রবদা থৱায়না হকচাংবু থাদোক্কুনা/অমত্তা ওইখিনি নঙসু-মাসু-ঐসু/ লৈরমনি মফম অমদি/মীনুংশি খঙবা মাগীদি (লাঃ ৫৪)॥

প্রেম অমদি মমা লৈবাক নুংশিবগী মতাং অমা নৈনরি কবিনা - পাম্মৃজৈ ইমা লৈবাক মাঙখিগদবা ইরোন্নুংদগী (লাঃ ৫৫)। কুনমাথোইশুবা চহিচাগী কবি অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই কবি 'জে এস কোন্সম' । মহাক্কী মমিং মতম অমদা শোয়দনা পন্নরক্লগদবা মীশক ওইরবনি ॥

অশেংবা মরূপকী অর্থ পীবা শৈরেংদগী মতেক অমত্তং লৌখৎচগে - তুংদা লাক্কনু ঙাইবা ঙল্লোই / নাকল নাকল য়েৎ ওই চৎমিন্নসি / ৱারী শাসি নোকসি/অদুগা তান্নসি তান্নবা য়াবা (লাঃ ৬৮) । মসিমক লুচিংবা অমগী মগুন পীবদসু স্কোলার কয়ানা হায়নরিবনি।।

অতোপ্পা অমদনা মিৎকুপ অমা কনা খঙহন্দনা পুন্সিগী পান্দম অমগীদমক অরোম্বদা লৈখিবনা মরূপকী হৈকৎ-লৈকৎ তমহৌদবা অদুগীদমক ফোঙদোক্লি - চিরবা পুন্সিগী মিৎকুপতা/পুন্সি লম্বী অমা শেমলিঙৈ/নঙগী শ্রাদ্ধাঞ্জলি মীমাঙ থোক্লা/ তৌঙমখিদে, ৱারৌ'নুকো/পূক্লীংনা পূক্লীংদা কৎলবনিকো/নঙগী অরোইবা শ্রাদ্ধাঞ্জলি (লাঃ ৯৭)॥

'অনৈবনা ময়ায়দা' হায়রম্বা অদুম্মক মতাং অমদা কবিনা নৈনরি - - হুরানবনা ময়ায়দা চৎলে/কনানসু হম্বুনা য়েংবিদে/ফজৈ ফজৈ হায়নরি/সনা হুবনি, লৈমা হুবনি/মগুন লৈ থাগৎনরি (লাঃ ১০৮)॥

কবি 'জে এস কোন্সম'না ইথোরকইবা মফোঙদোক অসি মীয়ামগী থম্মোইদা তিঙ লাওনা পানবা ওইবনা কবিতাশিং অসিগী মগুনসু হেনগৎলিবনি। অচৌবা দার্শনিক অমা ওইদ্রিবঁদা মী অমত্তনা মতিক মঙাল লৈবা মীশক ওইখিদে।

'অহন ইবুংঙো নুংশিবা' মিংথোনবা শৈরেংদা হংলি ব্রাহং অমা – "ঐখোয় নীংতম্লিবরা"? চহীনা লূমথরক্লবদা নীংশিংলকই নহা ওইরিবঁ মতম – অদুবু খল্লি ঙসিসু নীংতম্নবগীদমক। হংলি ব্রাহংসু অহল ওইরকলবা মতম অসিদা ফাওবা – খুইরবা মায়থোংদা তারি/অদুবঁগী লিংজেল, অদুবঁগী থৌনা / পি মরিক মরিক্তা য়াওরি নীংতম্নীংবগী /ঐখোয়বু নীংতম্লিবরা (লাঃ ১২০)॥

ফজবদা য়েংনীংদবা লৈতে; অহাউববু চানীংদবসু লৈতে। ফজবা শৈথাবদা কবি জিলাসু ব্রার্স ব্রার্থ কুম্না 'ফজবী' শৈরেংদা অসুম্না ফোঙদোকলি – মায়থোংসু মোমোন, মিৎম্রাসু মোমোন/মোমোন মোমোন অসুম অসুম/ কনাবু ঙাইবনো/য়েংবগী পেন্বা লৈতে/(লাঃ ১২৩)। ফজবগীদমক ঙাওজবা কবি অমনি – জিলা কোন্সম। হায়নবা লৈ – 'ঐদি ইশক থীজরবসু ফজববুদি য়াম্নমক পামজে। ঐদি ইবদি হৈতে পাবদি য়াম্না হৈ হায়বগুম্বনি'। ফজবা শৈরেংগীদমক কম্লনাগী হৈশিংবা য়াম্নমক তঙায়ফদে হায়না নীংশিংজরি॥

'অমম্বা' মিংথোন্বা শৈরেংদা তশেংনমক সেত্যোর (satire) নি হায়দবসু ঙমলোই। লক্লবা শৈরেংগী মহাউ ফজনা চেল্লি – মাঙদা উরিবা/ অচৌবা মানবশিংসে, অঙম্বা মানবশিংসে/অমম্বা কৌই মখোয়গী মিংদি/ খুন্নাইসিদা অমম্বা পুরক্লিবা/ঈশ্বরগুম উরি, মীনা ভক্তি তৌরি/ চানীংবা চারি, তৌনীংবা তৌরি (লাঃ ১২৪)। অমম্বা পুরকলিবসি কনানো হেক্তা খঙবদা লায়না থোকই॥

'মিছছ কোল' মতমগী শৈরেংনি হায়নীংঙি। করিগী এস এম এস থারিবা চান্নদ্রবা পুন্সিগী মতাং অসিদা – মিছছ কোলশিং অদু/মতম অমগী নুংশি লম্বীনা/নীংশিং লম্বী ওনখ্রবদা/পোখ্রাফম খঙখিদ্রবা অহিং কয়াগী/ নীংশিংবগী ঈচেল হাপলিবনি/খঙলমগদ্রা মহাক্তি (লাঃ ১৩০)। হৌদ্রবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক নীংশিংদুনা ইবনি। মশিসু মথেল অমনি॥

অঙ্ক ফল তাদে, মহৈ চায় চাদে অদুম্মক ঙাঙনৈ। অমুক য়েংশি – শিজিন্নরি খূৎলাই ওইনা/অচুম্বা, নুংশিবা, ফজবা /দান, বলিদান / কর্ম্ম, পীনহৈবা, কখোকপা / ফংননবা অঙ্কগী ফল (লাঃ ১৩২)॥

পুন্সি অসি থৌনা লৈনা হিংগদবনি। 'ঐ হিংদবা য়াদে' শৈরেং অসিমক্তি পুন্সিদা পারা অমা তন্নীবগুম্বনি। অপাবশিংদা অপিল অমা তৌবনি। খন্থহল্লি পূক্নীংদা মণ্ডল মণ্ডল লেপ্পা লৈতনা –মৈরি কয়া পাইরকসনু / মৈজাউ কয়া হৌরকসনু /নোংমৈ খোঞ্জেলনা নাকোং য়েহল্লকসনু /ধপ কয়ানা ঐবু কিহল্লকসনু / ঐ হিংদবা য়াদে (লাঃ ১৩৪)।।

'ঐখোয়-মখোয়' কৌবা শৈরেংদগী লায়না খণ্ডবা ওস্মী – মদুদি শৈরেং নত্তে চাংদম্লবনি– ঐখোয়গী অণ্ডাংশিংনা খণ্ডি 'লোদ শেদ্দিং', মখোয়গী অণ্ডাংশিংনা খণ্ডদে লোদ শেদ্দিং। 'জে এস কোলম'সু মোর্ডনিজমগী কবি অমনি । শৈরেং অসিদা অমুকসু ইরি – উইনা উইনা চেল্লিবা বস মনুংদা/খণ্ডবা ওস্মী বসকী খোঞ্জেলদা/ঐখোয়গী লমনি মফমসে/মখোয়গী লমনি মফমসে/ঐখোয় কনানো/মখোয় কনানো (লাঃ ১৩৯)। ওসি ঐখোয় থেংনরি মৈশা নমজা-নমথেকপীবগী, অওৎ অনৈগী – করম্না মৈশা/চাক্লিবা থম্মোই থম্মোইদা/ওল্লিবা পূক্নীং পূক্নীংদা (লাঃ ১৪৩)।।

কবিতা লাইরেম্বীনা লাকত্রবদা অসুম্না শৈথারি – ওসিগী অহিং / পুর্নিমাগী থাবল /কুমওন খূদিং লাকখিনি /শান্তিগী মপাউ পুরদুনা / লাক্লোইদবদি নণ্ডতনিকো (লাঃ ১৪৪)।।

ফজবশিং অসি অদুম্মক ফজদুনতা লৈরগনি। অদুবু শৈরেং খরদি মনুংগী রশ ইমান মান্নবা য়াওরি। পুন্সি, নীংশিংবা, ইমা নুংশিবা অসিনচিংবা রশশিং অসি হঞ্জিল হঞ্জিন্না শিজিন্নবা পদা ফাওবা হাইফেৎ মান্নবা থেংনৈ। অদুম্মকপু অয়াম্বা শৈরেংদা থম্মোইদা ইথিল পীবা কয়া অমা য়াউবনা লাইরিক অসি মায় পাক্লা পুথোক্লে। 'অচাইবা লৈ'গী লৈনম্না মালেমগী মফম পুম্ন মক্তা পাক শন্না শন্দোকপা ওইরসনু। ইমাখোলগীদমক লৈরাং অসিনা চাইবদা ঐহাকসু থবায় হকচাং য়াওনা চাইমিন্নরি খঞ্জরগা অপাবশিংগী খূত্তা শিন্নজরি।

দিমাপুর, তাং ১০/৪/০৭
ফোন নং ০৩৮৬২-২২৬২৩৪
৯৪৩৬২৬৬৯২৪

রাজকুমার গুনচন্দ্র
প্রেসিদেন্ট, ইম্রাখোল

# লাইরিক্কী মরমদা ৱাহৈ খরদং



শোত্থরিবা লমদম অসিগী খোর্জে শুবা অইবশিংবু পূক্নীং থৌগৎচনবা তাং ২৩-০৩-০৩ ইংদা লিংখৎচখিবা "ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল)", অৱাং পোৎশংবমগী ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুরনা মথং মথং মসিগী লাইরিক ১৫ পুথোকখ্রবগী মতুং অসিদা সাহিত্যগী সংস্থান অসিগী ১৬শুবা লাইরিক ওইনা 'জে এস কোন্সম' গী শৈরেংগী লাইরিক ' অচাইবা লৈ ' অসি ওইনা পুথোকচরি । জে এস কোন্সম এলেকত্রিসিটি ডিপার্টমেন্টকী একজেক্যুতিভ ইঞ্জিনিয়ার ওইনা থবক পুরি । 'খুরাই কোন্সম লৈকায়, ইম্ফাল ইস্ট'তগীনি । ইমাখোলগী য়াম্না মশক্লাইরবা মেম্বরনি ।

অহিংগী তাংলৌনা লৈনা মথেঙলক্লবা, নোংয়ায় চবুক লোল্লক্লবা, কৌজেং হারৌ হঙোইনা খোংবগী খোঞ্জেল নত্তনা মী চিকশিল্লক্লবা, মীরাওখোল তাবা ফংলক্লবা মতমদুদা কবিগী থম্মোইদা নুংশিবগী শাফু কল্লবা চৈনা অমা কন্না ফাওরবা, তূম্বা হিপ্পা য়াদনা ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউজবা, মপাঙ্গল-মতিক ময়ায়দি কনখ্রবা, খূৎনা শোক্লবসু য়াদবা, মিৎনা উবসু ঙমদবা, থম্মোইনুংদা মাগী মফম ওইজবা নুংশিবনা, পুনীংবা মায়কৈদা চিং-চিংদুনা কোয়পু পুবীবদগী কবিগী থম্মোইদগী চেম্থরকপা শৈরোলশিং অদুনা ওইরকপা অচাইবা শৈরেং ১০০না পুনশিল্লগা নাচোমগুম্বা অচাইবা মখল মথেলগী শৈরেংতনা শেন্নবা, সাহিত্যগী লৈকোন্দা কাচিন কোয়া শিম্থুংনা চাইনা চাইনা হৌদুনা শাৎলুনবা, নুংশিবা লৈনম য়েল্লুনবা, শুঙ্কৎপা মচু মচু লৈশাৎ তমলুনবা, লৈ চারা ওইনা থাজনীংদুনা, পাম্মুনা থন্নবসু অহম্বা ফিজোল কুইনা থন্নবদি মল্লকপগুম শেন্নবশিংনা শেৎনদ্রিবনি খঙবগুম মল্লবা ফোঙদোক্ত্রিবা শৈরেংশিং অসি কোন্দুনা থম্নুবগী কান্নবা লৈত্রে – মণিপুরি সাহিত্য লৈকোন্দা কাচিন কোয়া শিম্থুংনা চাইনা চাইনা লৈশাৎ তম্লুরো হায়দুনা ফোঙদোকচরক্লিবা মাগী অচাইবা শৈরেংশিংনি – 'অচাইবা লৈ' কৌবা শৈরেংগী লাইরিকসি।

কবিনা করি করি হায়রি খরদং লৌখত্তুনা য়েংশি – 'নুংশিরবা ঐগী শৈরেংতনা শেন্নবা/হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ - লৈচারশিং/থাদোক্লগে থম্লরোই কোন্দুনা/চৎলো অমগী মথংদা অমা/উৎলুরো নশক নচু নতৌ/মণিপুরি সাহিত্য লৈকোন্দা/হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ-লৈচারশিং ।' - - অচাইবা লৈ, চেমায় ১।

'উনিংবা উবা ফংনি /অমম্বা, অশিবা, অচাকপা /অকিবা, অঙকপা, অঙাওবা !!/তানীংবা তাবা ফংনি/নোংমৈ খোঞ্জেল, মীকপ মীরাউখোল/মীহাৎপূংগী পূংখোল, অঙাওবগী চোইরোল ।' – ইম্ফাল শহর, চেমায় ৬ ।

' অনকপা মফমদ'ই পুরক্লেসে /ঙমজবা লৈরাং খরসে /লৌবীয়ু চানবী হৈবী ইমানা /মোমোন মীনোক্পা লোয়ননা ।।' – ইমা মৈতৈ লৈমা, চেমায় ৩৯ ।

'লাল – /চাকখাউগী লাল /হিংননবগী লাল /ৱাখলগী লাল / পুক্লীংগী লাল/নিংথৌফম মুন্নবগী লাল/মন্ত্রীফম তান্নবগী লাল/ঙম্না থোক্লিবা মালেমসিদা/নত্তেকো কনাগীসু থৌরাং/খূদোলনি মহৌশাগী ।।' – খূদোলনি মহৌশাগী, চেমায় ৪৪।

'মতম্না মফম খঙদ হৌশ্লিগৈঙে/তাইশিন্নহৌদে অরান-অহুই, নোংমতসু/ৱারৌ ৱাহৈ কয়া লৈনখিবা/শেংদোক্লবা নংহৌদে অমত্তসু ।।' – লৈ অমদা, চেমায় ৪৬।

'মরুভুমি নঙ নোকউ /ঐসু নতুং ইনগে/নঙগা করি খেন্নরি ঐগা/ নঙনা পাক্লবা শারবা অহাঙবনি /ঐনা পম্বুং লৈতবা খোঙচৎনি ।' – মরুভুমি, চেমায় ৪৮।

'খাতোনচাগী নারৈ নাবনিদা/পাউখোন য়াদে হায়বগী।। ইচেচৌগী ঈশিং খংঈং ঈংইদা/য়াহৌ থেঙই হায়বগী ।।' – লাক্লুরোই মতমদো, চেমায় ৫২।

'লাইরবী ইমানি কনানা হায়রিনো/লৈরি হিরম শুরবা নচাশিং/ শান্নরোয়, বিজ্ঞানিক, ধর্ম্মরাজ, রাজনেতা / মালেমসিবু খুদুম চন্নবা ।।' – ইমা লৈবাক, চেমায় ৫৬ ।

'টেবলদা ফম্ববু ইঞ্জিনিয়ার কৌবরা?/অথীবা খুৎই হৈববু ডাক্তর কৌবরা?/মমিৎ উদবা হৈরবা জর্জ কৌবরা?/ মচীনথীবা হৈরবা উকিল কৌবরা?/মীনা হায়নৈ ।।' - হায়নৈ , চেমায় ৬৬।

'কাউগনু লাইগী ব্রায়েল থেঙবনি /খঙজিল্লু লাইগী ব্রারেপ লাইরৈবাক্তনি /নঙগী থৈহাক্কী পুন্সিগী মহাউদি /থিংবা ঙম্লোই মীনসু লাইনসু ।।' - মীওইবগী পুন্সি, চেমায় ৮০।

'মাঙদা উরিবা / অচৌবা মানবশিংসে, অঙম্বা মানবশিংসে / অমম্বা কৌই মখোয়গী মিংদি / খুন্নাইসিদা অমম্বা পুরক্লিবা ।' - অমম্বা, চেমায় ১২৪ ।

'কদোমদনো লম্বী কদোমদনো পম্থুং/লম্মুক্লদবা কনানো পুন্সি ঈপাক্তা/নীংঙমদ- মৈশা ফংদবা কনানো/মীওইবা পুন্সি ফংঙমদ মপোকসিদা ।।' - পুন্সি খোঙচৎ, চেমায় ১২৭ ।

'থেংনরি পুন্সি অসিদা/অঙ্ক ময়াম অমা/মোমোন মীনোক্কী অঙ্ক/ খোঙথাং চুমখিবগী অঙ্ক/পুন্সি লম্বীগী অঙ্ক/অঙ্ক! অঙ্ক! অঙ্ক!/অঙ্কগী অঙ্ক ঙাক্তা/অঙ্কগী ফল তাবা/অঙ্কগী ফল তাদবা ।।' - অঙ্ক, চেমায় ১৩১ ।।

লাইরিক অসি সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচন অমা ওইনা লৈশাৎ তমহঞ্জনীংদুনা "ইমাখোল পব্লিকেসন্স" না ফোঙজবনি । মীয়াম্মা পাবীনবনি । পাবীয়ু, নৈনবীয়ু, থিজিনবীয়ু অমদি অইবশিংবু পুক্লীং থৌগৎবীয়ু হায়না মীয়ামগী খুত্তা ইমাখোলনা নোল্লুক্লা খুৎশিন্নজরি । অশোয় অঙাম অহূই তাকপিরকপা পুন্নমক থোঙ লাওনা হাংদুনা থমজরি ।

কেশো সিংহ ইরেংবা
সেক্রেটরি,
ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে
লূপ, (ইমাখোল),
অবাং পোৎশংবম খুনৌ, মণিপুর

অবাং পোৎশংবম খুনৌ,
তাং ২৪/০৪/২০০৭

# অইবদে



ইশাগী চহী ১৭ চঙলকপা মতম শোক ১৯৭১ দগী শৈরেং খর খর ইবা হৌজরকই । নুংতিগী ইবদি নত্তে । ইনীংবগী ইথিল লাকখিবা মতমদা খর খর ইজরকপদুনা চৎলিবা চহী চৈচৎ ২০০৭ ফাওবদা ইজখিবা শৈরেংশিংদগী শৈরেং ১০০ (চামা)খক খনগৎচরগা শেমজবা '' অচাইবা লৈ '' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক্লি অমসুং মরম অসিনা শাংলবা চহী ৩৬ মুক্তুগী ইজখিবা শৈরেংশিংদগী খনগৎলকপা ওইবনা মখল কয়াগী শৈরেংশিং থেংনবিগনি । লাইরিক অসিদা কুনশুবা শতাব্দিগী নিপানশুবা দিকেদতা ইজখিবা শৈরেংনা ৮ (নিপান )নি, মাপলশুবা দিকেদতা ইজখিবা শৈরেংনা ৩৭(কুন্থ্রাতরেৎ)নি, অরোইবা দিকেদতা ইজখিবা শৈরেংনা ৩২ (কুন্থ্রানিথোই )নি, কুনমাথোইশুবা শতাব্দিগী অহানবা দিকেদতা ইজখিবা শৈরেংনা ২৩ (কুনহুমদোই )নি ।

মশিং খিঙমদ্রবা কবি কয়া কয়ানা দিকেদ কয়া কয়াগী মমাঙদগী ইদুনা পুথোক্লরবা শৈরেংশিং অসি 'থিম' নৎত্রগা 'কনসেপ' মান্নবা কয়া য়াওজরবসু 'রস'দি অমগা অমগা খেন্নবা উবা ফংই – অসুম্না হায়বিথি ক্রিটিক খরনা। মসিমক চুম্লমগদরা খল্লি – মরমদি মৈতেলোনদা মতমগী ঈশৈ ময়েক লিশিং লিশিং পুথোকখরে, লিশিং লিশিং ইরক্লি – অমতা মান্নদে । অদুদি মৈতৈলোন অসি 'ইনাকখুনবা' লোন অমা ওইদ্রিবরা ? কনানা ওইহল্লিবা – শৈরেংবশিংনা, কবিশিংনা, ৱারীমচা ইবশিংনা, উপন্যাসকারশিংনা অমদি অতৈ অতৈশিংনা । মরম অসিদগী ইজখিবা শৈরেংশিং অসি ফোঙদোকচনীংবগী পান্দম থমদুনা ''ইমাখোল পব্লিকেসন্স''দা শিন্নজরগা ফোঙজবনি ।

ইজখিবা শৈরেংশিংদা ফজদবা, পানীংলোইদবা, শৈরেং মান্দবা কয়া য়াওরম্লবসু অইবনা অপাবশিংগী মফমদা ঙাকপিনবা হায়জরি ।

অদুগীসু মথক্তা শৈরেং খরদি অইবগীদি ইরুরবনিনা হুনচেকপসু পাম্মূগুম তৌদুনা অদুমক লাইরিক অসিদা হাপচিনজরে । হায়নবা লৈ – আই কিউ ৱাংবসু ইচানি, আই কিউ ৱাৎপসু ইচানি, মকোক পাৎপসু ইচানি, শোইনাইবসু ইচানি – পোক্লুরবনিনা । মদুমক থোকই – লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মচাকশিংসু ॥

লাইরিক অসিগী অপূনবা শক্তমগী মরমদা মশক নাইনা থোইদোকপা ৱাহৈ-ৱাতা হায়জনীংঙাই অমদি ফোঙদোকচনীংঙাই লৈতে । অদুবু অইবনা পঞ্জনীংবদি লাইরিক অসি মণিপুরি সাহিত্যবু নুংশিবিবা – স্কোলারশিং, অইবা-অইবীশিং, ক্রিতিকশিং, সাহিত্যকারশিং, ওজা গুরুশিং, ছাত্র-ছাত্রীশিং অসিনচিংবা পুম্নমক্কী মফমদা পাবিনবা, নৈনবিনবা অমদি অচুম-অরান, ফজবা-ফজদবা মত পীবিরক্লবা শিন্নজরি ॥

লাইরিক অসি ফোঙননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা খুরাই লম্লোং কৈথেল, ইমফাল ইষ্টতা লৈবা লৈমহল প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইনাউ ইবুংঙো শ্রী থৌদাম কান্ত সিংহ লোয়ননা কম্পুটর পেজ মেকর তৌবিখিবা শ্রী থৌদাম শ্রীতনকুমার(নাউচা) সিংহ অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সনদা লৈবিরিবশিং পুম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী শিংবা ঙমলরোইদবা লমন তোনশিনজরবনি ॥

অমুক্সু লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, লমজিং কয়া পীবিদুনা অৱাবা শরুক কয়া য়াবিখিবা ইমাখোল পব্লিকেসনগী জেনেরেল সেক্রেটরি শ্রী কেশো সিংহ ইরেংবা, প্রসিদেন্ট শ্রী আর কে গুনচন্দ্র সিংহ অমসুং অতৈ মেম্বরশিং পুম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী ওইবা চাউরবা লমনশিংসু অইবনা তোনশিঞ্জরে ॥

ইরোই-লোইবদা লাইরিক অসি মরম কয়াদা লানখিবা – বানানদা খণ্ডদে, ৱাহৈ-ৱাতাদা খণ্ডদে অশোয়বশিং থেংনবিরবদি অইবা মশামক্তা নৎত্রগা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স, অৱাং পোৎশংবম খুনৌ'দা ইরগা ওইনা নৎত্রগা পাউ ওইনা পীবিরকলবদি তরাম্না লৌজগনি অমদি মথৎগী খূৎনমদা চুমথোকচগনি ॥

ইম্ফাল ইষ্ট
তাং ১/৫/০৭

জে এস কোন্সম
ইমাখোল পব্লিকেসন্স

# য়াওফম তাকপা

# (১)
# অচাইবা লৈ

হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ - লৈচারশিং!
নুংশিরবা ঐগী শৈরেংতনা শেম্নবা
হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ - লৈচারশিং!
থাদোক্লগে থম্নরোই কোন্দুনা
চংলো অমগী মথংদা অমা
উৎলুরো নশক নচু নতৌ
মণিপুরি সাহিত্য লৈকোন্দা
হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ - লৈচারশিং!

কাচিন কোয়া শিঙ্খুংনা
চাইনা চাইনা হৌরুরো
চাইনা চাইনা শাৎলুরো
মখল-মখলগী লৈরাংশিং ওইনা
লৈনম লৈশক য়েন্ন-য়েন্ননা
মচু-মচুগী লৈনাগা লোয়ননা
মণিপুরি সাহিত্য লৈকোন্দা
হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ - লৈচারশিং !

য়াদে লিলাংগী শক্তমদি
নঙনা নঙ ওইগনি
মানা মা ওইগনি
ঐনা ঐ ওইগনি ;
নৎত্রনে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈশিং ?

য়ারোই কৈনা নোংশা শাবা
য়ারোই ক্লাক্লা কোকিল শাবা
কৈনা কৈনি, ক্লাক্লা ক্লাক্লি॥
চুমদ্রনে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈশিং ?

হায়য়ু অৱায়বা ফিজোল নত্তে
শেৎলিবসি ইরলনি ইগুননি ;
পাম্মূনা থল্লুবা অহনবা ফিজোল
মল্লে - ফিমন ওইরে
শেৎনদ্রিদি খঙনি শেন্নবশিংনদি ;
মল্লসু কুইরসু মাঙলগনুকো নগুনদি
হে নুংশিরবা ঐগী অচাইবা লৈ - লৈচারশিং !!

তাং ২৬।৬।০৫ ইং

# (২)

## ঙক

ঙক ! ঙক ! ঙক !
নেতাশিংগী ঙক্তা লৈপরেং !
অদুগা অমুকসু
নেতাশিংনা ঙক মেৎলি
মী-মীগী-মীওইবগী
মাবু লৈপরেং হক্লিবা মীদা - মীওইবদা ॥

ঙক ! ঙক ! ঙক !
মঙক অদু নোম্লি !
মঙক অদু শিজিন্নরি !
মঙক অদু পৈরি !
মঙক অদু হাইরি !
করিগী ?
খুদোংচাবা ফংনবা নৎত্রগা ৱাংনা থাঙ্গৎপিনবা ॥

শান্তিগী মঙক্তি লৈখায়বিরি
মঙক শিজিন্নবা মখোয়না ॥

ঙক ! ঙক ! ঙক !
মায়থোংনা নুংশিবা তাক্লি
মিৎস্নানা নুংশিবা খঙলি
চেকশিনবিদ্রবা ঙক্তা হক্লি
লৈপরেং - পম্বুংগী লৈপরে
নুংশি-পম্বুংগী লৈপরেং !!

তাং ২২।১১।৯৯ ইং

## (৩)
# শক্তি

হৈকংনি !
লৈকংনি !
চংনবীনি খন্না
করিনো খরসু নিজরুই॥

তাবিরমগনি, তাবিরম্রোই
লৌবিরমগনি, লৌবিরম্রোই
খণ্ডবিরমগনি, খণ্ডবিরম্রোই
মদুদি কৈদৌনুংদা খম্বরুদে॥

অকিবদু খণ্ডই,
অশোনবদু ফাউই
মরক মরক্তা নংত্রগসু
পুঙ্গিগী মিংকুপ খরদি ;
মসিনি শক্তি ! শক্তি !
লাইগী শক্তি !!

তাং ১০।৭।৯৪ ইং

# (৪)
# নীংজ-নিজবা

থাগী থামাযদা থগ্নিবা
মুশি-মুশিবা মায়হিংনা
পীররি পাউতাক পঙলবদা
'মীগী মীৱাদা মুল্লুনু' ।।

শাইনোন শগ্নাংগী শউমদা
শোম্বকখি শুগ্ন'গুম শুর-শৈশক্লা
অদুঙৈগী অমম্বা অহিংগী অথেঙবদা
নহাক্লা নঙনি নীংদ্রগুম 'নাক্তা নকশিল্লক্লবদা ।।

নীংঙমদবগী নিশানা নীংহন্নদ্রিঙৈ
নোংমদি ননাক নক্লা নিজররনি
অপাম্বা অমত্তং অশংবা অতিয়াগী অমম্বলক্তগী
অমর ! অমর ! অমব !!

পূক্লীংনা পামজবা পম্বুংফমদুদা
থাদোক্লোই থৱাযগুম থম্মোইনা
নহাকপু নুংশিনা নোকমিনা
নীংজমনগুম নীংজ-নীংজ্ঞনা নিজরকপা ।।

তাং ২৭।৬।৯৪ ইং

# (৫)
# ইম্ফাল শহর

মপুঙ ফারে কুম্মৈ !
ইম্ফাল শহরগী কুম্মৈ !

চানীংবা চাবা ফংনি
অখাবা, অয়াকপা, অমাংবা,
অপুম্বা, অপৎপা, অতোইবা !!

উনীংবা উবা ফংনি
অমম্বা, অশিবা, অচাকপা
অকিবা, অঙকপা, অঙাওবা !!

তানীংবা তাবা ফংনি
নোংমৈ খোঞ্জেল, মীকপ-মীরাউখোল,
মীহাৎপুংগী পুংখোল, অঙাওবগী চোয়রোল !
শুর ! শুর !
মখল শুরবা শুর !!

অপাম্বগী অপাম্বা ফংনি
ফি - ফিদা, ফিগে, ফিন্নুং, ফিমন,
ফি কূপ্পা-কূপতবা, ফি পকপা পক্তবা
ফিজি ফিনা কুশি-রাশি
ফিগী মমল, হকচাংগী মমল
অরেপ্পা লৈতে, হুন্নবা লৈতে ॥

রস চেন্নবা অহাউবমখৈ
লোত্তুনা থম্লি শো চবুন চবুন্না
য়োৎম্লিং থাংনা লোন্দুনা
কাখূ কাখূশিংদা
মচি মচিদা শহরসিগী
অরাম্বা ফাউদ্রবগুম উরিবা মখোয়না ॥

মমল লেপঙমদ্রবা উনীংবমখৈ
পৈদুনা লৈরি মচি মচিদা শহরসিগী ;
চরাম চদৎনরবা চাবা ফংদ্রবশিংগী
চানীংবগী মতৌশিং
চাবা য়াদ্রবা মখোয়গী
শিরদরা পাখৎচনা য়েংলিবা মিৎয়েংশিং
ঙম্নমক উগনি ইম্ফাল শহরসিদা ॥

চীংচেপ চীংয়াগী ফিদম মাঙলবা 'অহিংবা'
মী কূংলবা মফমশিংগী 'মেন-হন্ট' (মী-তানবা)
অরূবা লাইজগী অপুম-অশা
অমম্বা মফমশিংগী অরোন-অফোঙ
চীংমীগী চীংমীদা উৎলিবা শক্তম !
তম্মীগী তম্মীদা উৎলিবা শক্তম !
অমনা অমদা থস্ত্রিবা
চীংমী তম্মী অনিগী মিৎয়েংশিং
ঙম্নমক য়ৌরক্লি ইম্ফাল শহরসিদা ॥

মিৎ পেন্না উনীংলিবা
'শান্তি' কৌবা নহাকসে
লাক্লেদি হায় য়ৌরকপদি লৈতে !
কৈদৌঙে ? কৈদৌঙে ? কৈদৌঙে ?
মসিমখক্তি তোয়না তত্তনা হংলি
ইম্ফাল সহর মশামক্কা অউবা খূদিংদা ॥

তাং ১৪।৭।৯৪ ইং

## (৬)

# মহাত্মা

হো মহাত্মা ! মী মরক্তগী অথোইবা !
হো লমজিংলেন ! হো লুচিংলেন !
শাগেগী মনিনি, জাতিগী লননি নওদি
হো মহাত্মা ! মী মরক্তগী অথোইবা !
হো লমজিংলেন ! হো লুচিংলেন !!

তাকপীখি নওনা হো মহাত্মা !
অচুম্বগী হৌরকফমদি নুংশিবনি,
নুংশিবা লৈত্রবা খুন্নাই অরেম্বনি,
কাউবা কৌবা লৈতে ঐথোয়না ॥

অহিংশা কৌই খুৎলাইদি নওগী
মথৌ হন্দে, ময়া কুমদে ;
য়াল্ল য়াল্লগা মথৌ হেনগৎলি
হাইর হাইরগা ময়া থৌগৎলি ॥

কুনশুবা শতাব্দিগী অবতাবনি নওদি
শাউবা হৈতে, খাণ্ডবদা মপা লৈতে
জাতিগী অশেংবা লুচিংলেম্নি নওদি
কথোকপগী মপুনি, নুংশিবগী মনাইনি নওদি ॥

ৱাবে হাযখিদে, খাণ্ডবদা মপা লৈখিদে
অশাউবা খওদে তুক্কচবা লৈতে
নহাক্তি ঈশ্বরনি তোল্লবশিংগী
নহাক্তি শক্তিনি অচুম্বশিংগী ॥

জাতিগী অশেংবা লুচিংলেন্নি
নুংশিবগী মপুনি, কখোকপগী মনাইনি
হো মহাত্মা ! মী মরক্তগী অথোইবা !
হো লমজিংলেন ! হো লুচিংলেন !!

লৌশিং পাউতাক ওইহৌরনি
হৌরক্লিবা জাতিশিংদা কুনমাথোইশুবা শতাব্দিগী
নঙগী অহিংশানা, নঙগী বর্তনা
নঙগী অচুম্বগী শক্তিনা
হো মহাত্মা ! মী মরক্তগী অথোইবা !
হো লমজিংলেন ! হো লুচিংলেন !!

তাং ১৪।৭।৯৪ ইং

# (৭)

# মসিনি নুংশিবা

শহরগী চিদাই অমদা
চাকনিবীদুনা পীরি মোমোন মীনোক্তা
তৎ তৎ লাউরবা তল মচেৎ অমা
নিনি হেন্না চারক্রুবা চাকনিবদুদা;
অদুগা চামিন্নরি কয়াদা খোয়দানা
অমনা অমবু য়েংলদুনা ॥

নীংশিংবা লৈতে অমনা অমগী
মোৎতাই শুদাইনরবা ফিজোলশিং !
খঙ্গরুবা লৈতে মশানা মশাগী
কি-তুক্কচরবা হকচাং কায়াৎশিং !
মসিনি নুংশিবা !
থম্মোই থম্মোইগী ওইবা নুংশিবা !!

তাং ২০।৭।৯৪ ইং

## (৮)

# রাজকুমারি তম্ফাস্নাদা

পিরাং শিঙ্গরোইদবা কনা লৈবগে ?
থম্মোই তাশোন ওইহৌরোইদবা কনা লৈবগে ?
পৃথ্বীংগী লৈতাফমসু ফংলরোই
বারীসিবু তারগা, থৌদোক্কুবু উরগা !!

চেংলৌ শক্তম্দনা তম্ফানি স্নারক্কি
স্না-মিংলেনসু তম্ফাদা তম্ফানি ;
লাইজ-ঈরেল্লক্তা তিল্লম্লেনে স্না-হকচাং
অহিং অমগী লাইবকথীরবা পুংজাদা ॥

করি মতৌবু কৌবনো মীওইবা শাজংলা ?
নুজানি কাউবরা, পাঙ্গল শোনবীনি খন্দবরা ?
করিগী নমজা নমথেকপিবনো ?
করিগী তুহৎপিবনো ?
শারমচং ঙারমচং ইকাইনিঙাইনি ঐখোয়গী ॥

'ইমাগী তম্ফা' ! 'ইমাগী তম্ফা' !
খোঞ্জেল থোক্রুবা হিকলবা সুরদা
পুন্সিগী ওইনা য়াহিপ তানখ্রবী মাবু
কৌরিনে পলেম ইমানা অরোইবা ওইনা ॥

তাং ২৯।৬।৯৮ ইং

## (৯)

# পুন্সি

পুন্সি নওসে ওকইদি হায়নৈ
মওম শান্দে মমি শামই ;
অশোয়বা খোঙথাংনা য়োম্রি
লাকই, চৎখি, অমুকসু হন্নক্লি ॥

অমনা কপ্লি মৈচাক অমগী
অমনা নোক্লি থৌদোক অমগী
নওনা থিরি ফংলরোই-উররোইদবা নুংশিবা
পুন্সি নওসে ওকইদি হায়নৈ ॥

মাগী নওগী মদোম মলোমদা
কনাগী নাপদা চিরোন তৌরক্নু
নীংওমদ-মৈচাক ফংজনি
পুন্সি নওসে ওকইদি হায়নৈ ॥

অৱাবা মতমদো কাউথোকই নুঙাইরিঙৈদা
নুঙাইবা মতমদো নীংশিংই ৱারিঙৈদা
অৱা-নুঙাই য়াম্নরবা ঈচেলনি
পুন্সি নওসে ওকইদি হায়নৈ ॥

পুন্সি লম্বী মাঙলক্লবদা
শেম্রিয়ে লম্বী নীংশিংবা ঈচেলনা
চৎলু অসুম্না চৎলু হায়না
পুন্সি নওসে ওকইদি হায়নৈ ॥

পূক্নীংনা লৈতাদববদা য়েংনীংদে ফজবা
বাখলনা মমশিল্পক্কবদা খঙদে নুঙাইবা
শম্নহল্লে কবিগুরুদসু আত্মাগা হকচাংগা
পুন্সি নঙসে ঙকইদি হায়নৈ ॥

করিগী কৈদৌবগী শিল্পবক্লিবা পিবাংনো
কনাবু বাবৌবনো, ইদোমনুংগী মৈচাকলা
ঐ খঙলিববা শিল্পবক্লিবা পিবাংসে
পুন্সি নঙসে ঙকইদি হায়নৈ ॥

তাং ১১।৪।২০০৫ ইং

## (১০)

# ৱারী

ইগনি ঐনা নঙগী ৱাবী
নিঙঙাইদনা চৎলিবা মতমগী খোঙচত্তা
লৈবাংতনা থল্লবা লৈকোন্দা
ৱাশক পবৈ লোমখ্রবী হে চান্নবী
ইগনি ঐনা নঙগী ৱাবী ॥

তাউথহনগনি ঐনা নঙগী ৱাবী
লোইশিল্লক্লবা যৌবনগী তাংকক্তা
নুংগী মুর্ত্তিগুম লেপখিবী হে অখোইবী ।
পিবাংতনা থল্লবা ঈচেলদুদা
তাউথহনগনি ঐনা নঙগী ৱাবী ॥

তমগনি ঐনা নঙগী ৱাবী
হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংলগা
পিবোযননা চান্নবা মাবু ঙাইবিবা
লাঞ্জদ্রবী মখোযগী মফমদা
তমগনি ঐনা নঙগী ৱাবী ॥

ইগনি ঐনা নঙগী ৱাবী
নীংঙমদ-মৈবিনা তুহৎপিদুনা
নুংশি পম্বুং যৌঙমদনা
মপোক অমদা তিনখ্রবী হে চান্নবী ।
ইগনি ঐনা নঙগী ৱাবী ॥

লীগনি ঐনা নঙগী ৱাবী
নুংশুক নুংজাননা ফুম্বংননা লৈবিবা
কাযনখ্রবা কাযনখ্রবী কয়াবু ঙাইদুনা
অহিং মিৎশেং খাংলিবা কযাগী মফমদা
লীগনি ঐনা নঙগী ৱাবী ॥

তাং ২০।১১।৯৮ ইং

# (১১)
# ঐগী থম্বাল

ঈপানথাগী পাক্লবা ঈপাক্তা
মালংব'ই ঈথক ঈপোমলক্তা
লিবি-লিরিনা শাৎচবী
মহৌশা কৌবীগী 'থম্বাল'
শাৎলিবী থবো থাবিকথা 'লক্তা
লৈতেংলিবী থম্না চরাংনা
ইকোয কোযনা অমগী মথংদা অমনা
নত্তে ঐগী থম্বাল ।।

পদ্মৌ ইঙ্খোল চাযগোন্নুং
নাইতোম পোকপী মমোমগী
অযুক্কীনা থবাতোন
নুমিদাংগীনা শজিকসনা
মমাঙ পুখ্রী লাইজথক্তা
তক্ত-তহেন্না শাৎচবী
খূৎশেমগী মহৌশা'ই 'থম্বাল'
নত্তে ঐগী থম্বাল ।।
নুংশি চাংযেংলক্লিবা শাবি শানৌদা
নুংশি পাউখোঙ ওইবিবী
চৎনবী ইথিন্না নুংশি-পম্মুং যৌঙমখিদবী
পলেম পদ্মৌগী নাইতোম শাৎপী
ইম্ফাল কৌবী তুবেলগী লাইজ ঈবেলদা
নুংশি ব্রাথোক ওইখিবী
থম্বাল - ওসমানগী থম্বাল
নত্তে ঐগী থম্বাল ।।

লৈকায লমদম লৈরাং অখোইবী
পষ্টৌ পামেল মখোঙদা
পলেম লৈকোন 'নুংদা
তনৌ তইং শাৎলিবী
শাবি মানজা মখোয়গী
নুংশি নুংশি মিৎয়েংনজবী
মশক্তা, মমিংদা নুংশিবদা 'থম্বাল'
নত্তে ঐগী থম্বাল !!

লোক্লুংগী চেক্লা কযাদা
ফোঙঙমদ পাউখোঙ ওইবিবী
মপু'ই খূযাখাদা কৎনদ
নীংজমনগী ইথিন অমদা
চীংনুং লাইজ ঈপাকথক্তা
মদোম কনা যাওদ শাৎলিবী
নারক্কী শিঙেল ওইরিবী 'থম্বাল'
নত্তে ঐগী থম্বাল !!

লাইজ ঈপাক 'থক্তগী
লৈরাংবা লৈরাংবী লাক্তুনা
মপু'ই সনা খূযাখাদা
অপাম-পামদ থৌনি কৎনিগদবী
হৌমিন কামিন্নরকপী কযাদ'ই
কায়ননীংদ কাযনবক্লবী
য়েন্দাই'নুং যৌরবী 'থম্বাল'
নত্তে ঐগী থম্বাল ।।

চিত্রকারগী চিত্রালয 'নুং
থৱায়না তাবা মচুনা
তুরিগী মথৌ হাপ্পদুনা
পেনবা কৌবা লৈত'মখৈ য়েক্লদুনা
চিত্রকারনা শেমখিবা
খূৎশেমগী ঈপাক্তা শাৎচবী
চিত্রেশ্বরী ওইরবী 'থম্বাল'
নত্তে ঐগী থম্বাল ।।



নুংশি নুংশি চৎখ্রবী
অপাম নুংশি লমদা
নুংশি খূদমনা মাঙওইবী
কোক্লরোইদবা চৈনাখোন্না তাশোন-ওই
নুংশি লমন শিংলখো উৎলম্বী
মতম চাদ লৈমন্নবী
অহাঙবা মালংদ'ই য়েংলক্লিবী
থৱায়না মূনা মূনা
ৱাখলগী তুবি পায়দুনা
নুংশিবা কৌবা মচুগা
মিৎলু'ই পিবাংনা থৱায় হাপতুনা
মশক মচু শেংনা
থম্মোইগী লৈমায়দা য়েক্লিবী
পূক্নীংগী পেন্নফম ওইরিবী
থুপত্রবা থম্মোইগী 'থম্বাল'
মানি ঐগী থম্বাল ।।

তাং ২।১২।৭৮ ইং

## (১২)

# মোংফমদা ঐ

মোংফমদা ঐ চৎলুই নোংমা
লেনখি অহিংদুমা মফমদুদা
অকিবা করিনো খঙখিদে ;
অচিকপগী অইংবা মতৌদো
উখি মিত্তা তরং তরং ;
অহিংবা অদুগা অশিবা অনিগী
চুংশিন্নবা মিৎকুপশিং
অদুগা অসুম অসুম
অমমমতা ওইনা মাঙখিবা
অৱাবগী মশক্কি !!

নুংশি খঙবী থম্মোইগী
থাজবা মতৌগা লোয়ননা
হিংমিন্নখিবা মিৎকুপশিং পুংজাশিং
হৌজিক্তা পুংজাসিদা মিৎকুপসিদা
মাঙদা থোক্লিগুম উহল্লিনে ।।

মোংফমদা ঐ অমুক্তং চৎখিনি
নীংশিংবা মাবু পুদুনা
অকিবা মশক খঙখিনি
অচিকপগী অইংবসু য়েংখিনি ;
হৌদোক্লুনি মাবু অমুক্তংদি
পুন্সিগী ওইনা মিৎকপ থোক্লবা
হায়নীংবা হায়হৌনি, তানীংবা তাহৌনি

নীংশিংলুই -
নোংমা নুমিৎ অমা
নুংশিবনা লৈতেং ওইখিবা
তনৌ তনৌরবী মায়থোংদো
কয়াদা নিংথিখিবা ! কয়াদা ফজখিবা !
পূক্নীংগী অরোনবা বা
তম্লুইনে মাঙোন্দা ;
নোকমিরবী মায়থোংনা নোকমিখিবা
য়াওন অমদা লাকখিবা
মাগী পুন্সি ঐগী পুন্সি !!

নত্তে !
মোংফমদা ঐ চৎলরোই অমুক
হায়নীংবসু লৈত্রে, তানীংবসু লৈররোই ;
অমম্বদা থোকখিবা থৌদোকশিং
অকাউ'লক্তা তিলহল্লনি ;
তাযোন্নববা মিৎকুপশিং নীংশিংলরোই
নীংশিংবা নঙ লাক্লনু
'ঐ' কৌবা মযেকসে
মোংফমদা অমুক থল্লরোই ।।

তাং ৭।১১।৯০ ইং

## (১৩)
# পুন্সিগী থৌদাং

পুন্সি !
পুন্সিগী থৌদাং !
পুন্সিগী থৌদাংদি -
নুঙাইবা থিবনি
অৱাবা তাঙ্খোকপনি
নোকপা ঙমজবনি
অৱাবা কাউথোকপনি
ফজবা থিবনি
অথীবা য়েংদবনি
পুন্যবু তানজবনি
পাপপু প্রায়শ্চিত তৌজবনি
নুংশিবা তম্বনি
তুক্কচবা থাদোকপনি
মোমোন নোকপনি
মীৱা-মীশা তাদবনি
কায়নবা-খায়নবা উদবনি
ইচা-ঈশু য়োকপনি
ঐনা ঐবু খঙবনি
ঐনা ঐবু থাজবনি
ঐনা ঐগীদমক চাউথোকচবদুনি ॥

তাং ৪।২।৯৯ ইং

## (১৪)
# পাপকী ঈচেল

নীংশিংলি মতমদো নাৱা পুন্সি ওইরিঙৈ
ঈপোম নাইবা চীংশাং পরেং ;
মদু'ই মনাক্তা শান্নমিন্নখিবা নুঙাইনা
মরূপ মপিজা কয়াগা
অমনা হাযবা অমনা তাদবা
অমনা তৌবা অমনা শাউদবা
কাউবা ঙমদে নীংশিংলি ঙসিসু ॥

শবৎ থাগী -
অমম-অঙান শিন্নজরকপা পূংজা কয়া
থাবলগী মশেক-মঙাল মপূঙ ফাদ্রিঙৈ
লৈচিন থাংদবা শংবান্নবী অতিযা
লোযননা হাবি চেক্লাগী নুংশিবা খোঞ্জেল ৱি, ৱি
অনকপা খুনয়া'ই সন্ধ্যা আরতি খোঞ্জেলগা
পুনশিন্নখিবা অমত্তা ওইনা
কাউবা ঙমদে নীংশিংলি ঙসিসু ॥

মতমদো -
লৈকোল-লমদম নুংশিবী
মলযা নুংশিৎ নামিবা
হুম্নকপদা লিরি লিরিনা
য়েল্লিদো কাচিন কোয়া শিঙ্গুংনা
হৈনম লৈনম্না হৈরাং লৈরাংগী ;
চেক্লা কযানা খোংখিবা
পূক্নীং হুববা সুরদা
নীংশিংব'ই মচুদো য়েকশ্নবনি
ৱাখলগী তুবিনা থম্মোইগী লৈমায়থক্তা ॥

পোম্‌শাংনবী লৈরাং কয়ানা
শাংপদি হৌজরক শাথেক্তি হৈজদ
শাক্তি-শাংনীং মকালাম্না, লৈতানা
য়েংব'ই পেনবা কৌবা লৈখিদে ॥

অদুবু কদায় ঙসিদি !
শাংহন্নীংলে লৈরাং খূদিং
ঐগী থম্মোই লৈকোন্দা
অমুবা খোইগী মতৌগুম ॥

নোংমসু নীংশিংলকখি য়েংলদুনা
চেল্লিবা য়াঙ্গংলবা ঈচেলদুবু
লোইরোই লোইরোই চংখ্রিবা
শংনা মুরবা চীংগী নাপোম
তাম্না'ই খোঞ্জেল 'তাম তাম'
কোকিলগী শৈহেক 'কুহু কুহু'
লোক্লুং লাইজ'ই খোঞ্জেল 'ত্রোং-ত্রোং'
লিরি হুব্বা মালংব'ই তাহ্রাদা
নোম্না নোম্না জগোয় শাখিবা
হৈপাল-উপাল হৈরাং-লৈরাং কয়া ;
অশংবা মচুগী ফিজোলনা লৈতেংবা
উচান পাম্বীশিং - শন্দোকখ্রিবা তাম্না তাম্না
অশংবা ফিরাংজি থাবগুম ;
ৱাউথাংনরবা অতিয়া মকোয়দা
অশংবা নোংগী মপৈনা
লৈনা লৈনা পাইবা
কাউবা ঙমদে নীংশিংলি ঙসিসু ॥

মতমদুদি
চেল্লি অশেংবা ঈতনা
হকচাং-শিংলি খূদিংদা
নাব্বা-পিশক ঐগী ;
মানা কনানো
নঙনা কনানো
ঐনা কনানো
খঙখিদে খেন্নবা অমগা অমগা
নাব্বা ঐগী থম্মোইনা ॥

অদুবু খঙলক্লে ঙসিদি
খেন্নবা অমগা অমগা
মানা কনা
নঙনা কনা
ঐনা কনা
চেম্ববকক্লে পাপকী ঈচেল কয়া
কল্লকপা মীহৌবতনা খূজিং ওইদুনা
শেংলবা থম্মোই অতিযাসে
কূপ্পরে মীনম্ব'ই লৈচিলতনা ;
চীক্লরে অপাম্বা ওইজবনা
মহূ-পুবা লিনগুম
মাযকৈ খূদিংদ'ই লাক্কুনা
ঐগী থম্মোইনুংদা ॥

তাং ২১।১১।৭১ ইং

# (১৫)
# নঙদি লাইবকথীবীনি

নঙদি লাইবকথীবীনী ।।

পম্বৌ নিতি-নিয়ম ঙাকলিবী
পলেম শাজৎ মাল্লিবী
যুমগী যুমবুরেনবী শক্লবী
নঙদি লাইবকথীবীনী ।।

পম্বৌ ৱাযেন পায়রিবী
পলেম থৌদাং লৌরিবী
চাদ-চারা ৱাৎনা খাঙলিবী
নঙদি লাইবকথীবীনি ।।

হরাউ মীনোক অমত্তসু ফংদ্রবী
অপাম নুংশি অমত্তসু উৎত্রবী
মিৎচি মিৎযেং অমতসু হৈত্রবী
নঙদি লাইবকথীবীনি ।।

মিৎলু'ই পিরাংনা লৈতেং ওইবী
ফনেক খোঙদাইনা থৌগনবী
চোইজায়নরবী শম্লাংনা পকচবী
নঙদি লাইবকথীবীনি ।।

অনীংবসু লৈরমনি ফোঙদোক্রুবী
অপাম্বসু উরমনি হায়দোক্রুবী
নুংশিবসু লৈরমনি উথোক্রুবী
নঙদি লাইবকথীবীনি ॥

ৱাখলগী পোখ্বাফম লৈত্রবী
থম্মোইনুংগী মৈচাক মৈৱায়রবী
পূক্নীংগী পেন্নফম খিদ্রবী
নঙদি লাইবকথীবীনি ॥

লৈকা ফন্না লৈশাৎসু শুরে
নামিবসু লিরি লিরিনা শিংলে
বসন্ত ঋতুসু লাক্লে - মতমদুগী নীংশিংবা লৈত্রবী
নঙদি লাইবকথীবীনি ॥

মে, ১৯৮৬ ইং

# (১৬)

# মিরবা খোঞ্জেল

শকখ্রবা ঈশৈগী সুর অমদা
লুপ্লিবা ঐবু মিৎকপ থোকহল্লে
তারবদা মিরবা খোঞ্জেল অমা ।।

তাখ্রবা ঈশৈগী সুরগা
তারিবা মিরবা খোঞ্জেলগা
অমত্তা ওইনা তিল্লরে
থম্মোইদা তাম্না য়৷রে ।।

হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক
লেপতবা ঈচেলদা তিনীখবা
পাক্লবা ঈপাক্তা লুপখিবা
নীংশিংহল্লে মিরবা খোঞ্জেলনা ।।

নিংঙাইদনা হুল্লিবা পোত্থাদবী মালংবও
তাম্না পুখ্রো মিরবা খোঞ্জেলবু
তিলহল্লনু নুংশি-ঈচেলদা ঐবু
লুপহল্লনু নুংশি-ঈপাক্তা ঐবু ।।

জুন, ১৯৮৬ ইং

# (১৭)

# শহিদ মিনার শহিদ

মাঙদা চীংলেম্না লেপ্লিবা শহিদ মিনার
হে শহিদ মিনার !
লেপসি লেঙদনা লেপসিকো
মালেমসিনা লেঙদনা লৈরি'মখৈ ॥

য়েংউ শহিদ মিনার !
য়েংউ মহুৎ শিন্দুনা শহিদকি
ইরৈবাক ইরমদম নুংশিবী
থল্লে নাক-য়েৎ অমোৎপনা
তুংইল্লে মথং-মথং অশোয়বনা ॥

'নীংহন্নগনু মাঙ থাউ চেনগনু'
লাউরক্লি অসুম্না অথাপ্পদগী অরাপ্পদগী
পলেম ইমানা
মচাশিংগী থৌনা হাপ্পা খোঞ্জেলদা ;
তূমিন তূমিন লেপলি
পাঙদ্রবা মচাশিং নীংহন্ন-খোঙফমদা
য়েংলরি অমুক্তুং চিংনা মিনারবু ॥

কালেনথাগী শারবা মৈশা কয়া
ওলাংথাগী ওমচাক্লরবা পূংজাশিং
নাকেহ্থাগী খোয়শাউনরবা নুংশিৎ
লোয়ননা অমোৎপ'ই মৈখুলক্তা
অকিব'ই তুজুংলবা খোল্লাউলক্তা
নীংহন্নদনা লেপসি হে শহিদ মিনার !

মালেমসিগী ঙসি কৌবা নুমিৎসে
ওইদ্রবনি শহিদ মিনার শহিদকি ;
থল্লবনি অপুম-অশানা মীহাৎ-মীপুনগী
হৈত্রবনি ইকাইবা ইরৈবাক 'চাশিং
অতনবা কৌবা ৱাহৈসে
ওইরবনি জাতিগী খোল্লাউ
নোক্লবিরবনি শহিদ-মিনার শহিদকি ।।

প্রলয়গী মশক ওইরবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
থৌনা পীরি শহিদ মিনারনা
শহিদকি মহুৎ শিন্দুনা
নীংহন্নদনবা পাঙদ্রবা মচাশিংবু ;
হে শহিদ ! হে অথৌবা !
শায়োল্লরো শায়োন অমা
লমজিংলরো পাঙদ্রবা মচাশিংবু
লাউররো জয়ধনি !!

তাং ২২।১১।৮৬ ইং

(১৮)

# লিচিং অম্মা

লাকখি ঐ নোংমা নুমিৎ অমা
খেঙলবা অমম্বা অহিং অমদা
পূক্নীংগী লীচিং মখাদা
নীংশিংবা মানা পুদুনা ;
অদুগা -
চঙশিল্লুই নিঙোল য়ুমগী
নিঙোল খরাই থোঙ্গান্দা ॥

নীংশিংলকপা মিৎকুপতা
খঙহৌদে শিল্পখিবা পিরাং মিৎলুদ'ই ;
মমাঙ পুখ্রী নুংশিবী
থরো থম্বাল শাৎলমদ্রে ;
মনিং ব্রাপল লমহেনবা
মহৌশাগুম অকিবা লৈত্রে ॥

নুংশিবা কৌবা মতৌগা লেনমিন্নখিবা
পুন্সিগী থৌদোকশিং পূংজাশিং
মোমোন মীনোক্কী মিৎকুপশিং
নীংশিংলকইনে অমমমতা ওইনা ॥

ঙসিদি -
নিঙোল য়ুম থদোক্কুনা
ঐবু তাক্লম্বা তৌদনা
চৎখ্রবদা মানা মফম খঙদনা
থাদোক্লেদো ঐবু নুংশিবা নঙনা
থাজদে মানা থাদোকপিরম্বা ॥

অচিকপা অহিংগী অইংবা মতৌগা
নুংশি শাক্কি ওইখিবী
হে মমাঙ পুয়্রী নুংশিবী !
নতাগী অরোন-ব্রা থল্লমদবরনে ?

লৈনম পুবী হৈরাং লৈরাংও !
য়েল্লকপদাইনে নঙগী হৈনম-লৈনম
পুয়্রী মপান সিরি থক্তা
ফল্লিবা মা-ঐদা
তনৌ তইংনা পেন্না থোইনা ;
অদুগা থেমখিবদায়নে
ব্রারৌচাউবী নুরা মাগী পূক্লীংবু ॥

মহৌশাগুম ঙসিদি কদায়
য়েল্লদ্রনে হৈনম লৈনমসু
হৈরাং লৈরাংও !
করি ব্রাবু শিন্নরমগেনে ?

মতমদো চঙজরুবা
অশেংবা থম্মোই পুদুনা
হল্লনি ঙসিদি
চন্নদ্রবা নুংশিবা পুদুনা ॥

অমুবা কালিগী অরংবা ময়েক
'নুংশি-নুংশিনা নুংশি হায়ররোই'
থল্লনি থম্মোইগী লৈমায়দা ;
নুংশিব'ই নুংশিনা শাগৎলুবা
থম্মোইনুংগী নুংশি-মুর্ত্তিসে
নীঙ্খায়রসনু মচেৎ-মচেৎ তানা ॥

জুলাই, ১৯৮৬ ইং

## (১৯)

# নারঙ্গী শিঙেল

কয়াদা ৱানা শাৎলবা
নারঙ্গী শিঙেলসে নারকসিদা
হে শিঙেল শকহেনবী !
করিগী পূক্লীং থৈবনো ?
শাত্তবদি নতাশিংলক্তা ফোংনা
উহন্দবদি তাইবং কনাবু
শাৎলিবদি নারকসিদা লোন্না ;
লৈববনে লৈকোন মালি অথোইবী
নাবকসিদা লোন্না থুপ্না ॥

খঙদেনে তাইবং কনানসু
নদোম শাৎপদো চিক্লবা নাবকসিদা
করি ৱাবু তাক্লিবনো ?
হৌবক্লিবা শাবি শানৌদা ;
ফোঙঙমদ পাউখোঙ ওইহৌরনি
নঙনা অদুম্না তূমিন্না শাৎল'দি ॥

কবি লৈবনো নীংজবা নঙগী
লোম্লোক্তবী ওইবনো মশুংলাং কনাগী
পামদ-পামদ পামজবা শাবিনা থম্মোইদা
চুখৎনীংদ-চুখৎলিবা মৈশা মৈবি থম্মোইদা
শিঙেলও । চয়ঘুনে শিঙেলও ।

কনাবু কিবনো মালেমদা
অকিবা করিনো নারকসিগী ৱাংমদা
লোন্না থুপ্না নঙনা শাৎপদি
উথিনি মতাগুম তাইবং কনা
খনবরনে অসুম্না
'পাঙ্গল শোনবী শিঙেল-মপোক্লি' ॥
লোয়ননবা নতারোই লৈতে চিংনবরা ?
তাংজফম পামেল হৌদে খনবরা
শিঙেল শাখেক ফজদে নীংবরা ?

শিঙেল নাক্তা
খোইমু কনা লাক্রোই
শিঙেল লৈকা শোক্রোই
শিঙেল নদোম লৈমন চনগনি
চিংনবরনে শিঙেলও
য়েংবিনবা কনা লৈত
শোনবিনবা কনা য়াওদ
লৈরাংবা-লৈরাংবী কনা লাক্কুনা
কৎলরোইদো শিঙেল নঙবু
মবুংঙো'ই খূয়াখাদা ॥

ওহোক্লা নীংঙমদেদা শিঙেলও !
শাৎলরোনে শিঙেলও !
নারকসিগী ৱাংমদা
পাক্লবা মালেমসিগী শাৎনীংবা মফমদা নীংতম্না
লাক্কনি খোইমু কয়া
শিঙেল নকাদা শোয়দনা
শোক্লরনি শিঙেল লৈকা
কৎলরনি মপু'ই খূয়াখাদা
লৈরাংবা-লৈরাংবী লাক্কুনা ॥

হায়য়ুনে শিঙেল্ অশেংবা ৱাবু
নারকসিগী ৱাংম - নিংখিরবা লৈকোনসিদা
করিগী শাৎত্রিবা শিঙেল নঙনা !

নত্তে !
খঙলে পুম্নমক খঙলে !
নঙতনি শাজৎ চুম্বী শিঙেল ;
শকলোৎলবী শিঙেল নঙনা
পামদে লৌনমগী সংসারসে ;
য়েংনীংদে অহাঙবা অতিয়া
মক্লবা মৈখুতনা থল্লবা
শিঙেল নঙগী মিৎস্নানা ॥

শাৎলিবনি শিঙেল নদোম নারকসিদা
শাৎলুরনু শিঙেল
থাদোক্কুনা নারক্কী সংসারসে ;
ফংগনি লৌনমগী নুংশিৎ
পাইরক্কনি হিংশা পাম্বা জিবশিং
শিঙেল লৈকা তম্না
নারকসিবু থাদোক্লবদা ;
হে নারক্কী শিঙেল শকহেনবী !
থাদোক্লনুকো নারক্কী সংসারসে ॥

তাং ৩।১১।৭১ ইং

(২০)

## লাল্লুরবা মিৎয়েং

লাল্লুরবা মিৎয়েংনি
লান্দবসু ঙমদ্রবনি
লানখিনি হন্না হন্না ॥

মওং কয়াগী অরানবা
লৈখ্রবনি নঙোন্দা ;
কনানা থোকহল্লি
খঙলিনি নঙদি ॥

লানখিনি হন্না হন্না
থম্মোই নিংঙাই থেমদ্রিফাও
পূক্নীংগী পোত্থাফম ফংদ্রিফাও ;
ঙাকপিফমসু থোক্রুবনি
ঙাকপিয়ুসু হায়ররোই ;
অশেংবদু খঙনীংদুনা
লাল্লুবনি নঙোন্দা ॥

মাগী ৱাহৈ অমনা
অসুম তৌখিবনি নঙোন্দা ;
খঙশিন্নদ করিগী লৈরিবা
মদুনা ৱাহল্লি ঐবু ॥

অশোয়বা খোঙথাং অমদা
মায়হিং কাথ্রবী মানা
খূদোল তমখিবনি নঙবু
শিন্নখিবনি লোন্না ঐঙোন্দা ॥

তাং ১৭।৮।৮৭ ইং

# (২১)
# মীনম্বী থম্বাল

লাইজথক্কী থম্বাল নত্তে
মীনম্বী থম্বালনি, মীনম্বী !
নীংশিংলরোই মাঙলমচত্তা তৌখিবশিং
অমত্তা নীংশিংলরোই ;
তুংলমচত্তা করি ওইদৌরিবা
অমত্তা খল্লরোই ;
করম্নবু শাত্তৌরিবা লাইজথক্কী থম্বালনা
লাইজ লৈত্রবা লৈকংলাদা ?
লাইজথক্কী থম্বাল নত্তে
মীনম্বী থম্বালনি, মীনম্বী !!

নীংশিংলকখি নোংমথক্তু
লিরি হুম্বা মালংবনা
ফুইনা ফুইনা শিৎপা মতমদা
লাইজথক্কী থম্বালনা লাইজ ঈশিং খিরকপা
কয়াদা ঘাখিবা, কয়াদা নুংনাংখিবা ;
কৌজখি খূৎলাম তোয়না তোয়না
পাইরিবা অমংবা নোংদা ;
করম্বা থম্মোইগী নিংঙাইনো খঙদে
অমংবা নোংদু অমুবা লৈচিন ওনখি
করম্বা থম্মোইবু পানবনো ??

লাইবকথীবী থম্বালগী করি উপায়নো
য়েংজবা তাখি
অমুবা লৈচিন ওনখ্রবা অমংবা লোংবু
হিংজবা তাখি
লৈকংলালক্তা, তুমশিং-তুমনাং মরক্তা
মতু শোল্লবী শিঙেলশিংগা
কপজবা তাখি
য়েংনা য়েংনা অখেঙবা থাবল
ফগৎলক্লিবা অসুম অসুম ॥

খঙখিদৱা নত্তে
মীনোক চঙলবীনি, লৈশাৎ শুদ্রবীনি
পাম্থী-কোমথীদা হৌজবীনি ;
লৈরাংবা অমখক্তি কৌজখি
হন্না হন্না লেপ্পা লৈতনা
কৎপিনবা মপু'ই খূয়াখাদা
তোল্লবী থম্বাল ঐবু ॥

লাকপিখিদে লৈরাংবসু
খঙদে করম্বা পূক্লীংগী তেংথানো ?
মপোক্পা লাইবক থীরকঙে
মীনম্বী থম্বালনা কনাবু ব্বারৌগনি
অনুতাপকি মৈশা লাংলবা মৈরি
ইদোম চুখৎচবা তাবনি
ইদোম চাকচবা তাবনি
ইদোম ব্বাজবা তাবনি
ইদোম কপচবা তাবনি ॥

লাইজথক্কী থম্বাল নত্তে
মীনম্বা থম্বালনি, মীনম্বী !!
ঈফুত্তবু থম্বাল শাৎপবা ?
ইচং খৌজরুবা মতৌগুম
লৈনা ১০৮ পানবী শিদ-থম্বালগী
অবেম্বদা তারে
তাবিনবা লৈতনা, উবিনবা যাওদনা
থম্বাল ঐগী ব্রাকৎ।
শকলোৎলবী থম্বালগী পূক্লীংনা লেপচববু
থব্রাযনা যাথং ওইনা লৌজরগা
হাযজরি অমংবা নোং নঙোম্দা
'লাইজথক্কী থম্বাল নত্তে
মীনম্বী থম্বালনি, মীনম্বী' !!

তাং ১১।৮।৮৫ ইং

(২২)

# লুপ্লরো ঈচেলসিদা

মাযানা যোম্লবা তাইবংসিদা
চামথোক্কনি নঙগী মক্লবা থম্মোইবু
লেপ্পা লৈতনা শিন্থবক্লিবা মিৎলু পিবাংনা
উহনগনি ঐগী শেংলবা থম্মোইবু ।।

অযুক অমা হৌখ্রনি
অহিং অমা লাক্লনি
নোংযাই চবুক লাম্লনি
ইনুং শোবা ঙাম্লনি ।।

লিবি হুম্বা মালংবনা
নৌহৌননা অমুক হুম্লবসু
ঐগী মিৎলু পিবাংদি
লেপ্পা লৈতনা শিন্থখিগনি
নঙগী মক্ল থম্মোইবু চামথোক্ত্রি'মখৈদি ।।

ওলাংথা কযা চৎখিদুনা
নাকেম্থা কযা লাক্লুনা
বসন্ত কযা যৌবকলবসু
ঐগী মিৎলু পিবাংদি
লেপ্পা লৈতনা শিন্থখিগনি
শেমগনি পুন্যগী মশক ওইববা
কোকপীহৈবা ঈচেল অমা ;
লুপ্লবো ঈচেলসিদা
চামথোক্লবো নঙগী মক্লবা থম্মোই
লৌশিনবিববো লাঞ্জদ্রবী ঐবু ।।

তাং ১১।৮।৮৫ ইং

(২৩)

# ইমা মৈতৈ লৈমা

ইমা'ইদমক ঙমজকদে হেকচকবা
চত্তুনা মফমদো লাপলবা ;
পানবনা ইখোঙসে তেল্লবা
ঙমজদবে চৎলুবা তিংখংলক্তা ।।

ইমাও । তৌবিনু ৱাবৌবা
ঙমজদে কচ্চনবা ইমাদা
পুবকপা লৈবাংশিংদো হেক্তুনা
ইমা নঙগীনি হাযদুনা ।।

মালি খূদিং হাযদুনা
ইমাযসে ইকাইখীবী ওইবনা
ঙমজদে লৈবাংদো নিংখিববা
পুবক্তুনা কচ্চবা ইমাদা ।।

অনকপা মফমদ'ই পুবক্লেসে
ঙমজবা লৈবাং খবসে
লৌবিয়ু চানবী হৈবী ইমানা
মোমোন মীনোক্কা লোযননা ।।

মৈবিসে চাক্লিয়ে থম্মোইদা
ইমা নহাক্কি ৱাখলদা
মপোকসে লাইবকথীববা
ঙমজদে পাঙথোকপা মতিকচানা
ইমা নহাক্কী সেবাদা ।।

ঝারৌবিনু লাইবকথীবী ইমাও !
লাইরবী ইমাদা কচ্চরিয়ে
মিৎলু'ই পিরাং খরসে ॥

তৈথোকপিরো ইমানা পিরাংসে
চেম্বরক্লিবা লেপতনা মিৎলুদ'ই
হরাউ-মীনোক্কা লোয়ননা
থেমজিনবিরো নচাশিংবু ইমানা ;
ঙাইজরি ইমা'ই য়াথং
নখোঙ খূয়াখাদা নচাশিংনা
পীনবিয়ু ইমানা আর্শিবাদ
পুরক্লবা নচাগী য়াইফনবা ॥

লৈরাংশিদো নিংখিরবা ফজরবা
লোয়ননা লৈনমশিংদো শুক্ষৎলবা
কৎলখিনি ইমাদা শোয়দনা
হেক্লুরগা তিংখংলক্তা চত্তুনা
কিবা নীংহন্নবা লৈতনা
ইমা নহাক্কীনি হায়দুনা
লাক্কুনা নচাশিং থৌনাফরবা
থাদোক্লো অঝাবা ইমাও !!

মাঙহল্লরোই লৈরাংশিংদো ফজরবা
কল্লবা নচাশিংনা ইমাগী
ঙম্লগনি পুরকপা হেক্কুনা
কৎলখিনি ইমা'ই খূয়াখাদা ॥

পীবিরো ইমাগী য়াথং
লাইবকথীরবা নচাশিংদা
লাউরি নচাশিংনা খোঞ্জেলসে
'জয় ইমাগী জয়' ॥

তাং ৩।১১।৭১ ইং

# (২৪)
# অরোইবা ৱাকৎ

বসন্ত'ই অযুক অমদা
কোরৌ মশেক লোৎলিঙৈ
থানিল মশেক মঙালদা
কায়ন-ঈপাক লান্দুনা
নুংশিদ-নুংশিহৈনা চৎখ্রবী
মিৎলু'ই পিরাং কংখিদ্রবীও !
পিরাংদি অমুকহন্না শিঙ্গনররোইসি
মতমদো নীংশিংনবগা নৌহৌনা॥

হৌখিবা পুন্সিগী থোকখিবা থৌদোক
লেপতবা ঈচেলদা তাউথখিবা
পাক্লবা ঈপাক্তা লুপথখিবা
অকাউবগী ফিরাংজিনা কূপখিবা
হুমদোরকখিনি নোংমদি শোইদনা
নীংশিংব'ই নোংলৈ-নংুশিৎনা
উরক্কনি থৌদোক্তো অমুকহন্না
মহৌশাগুম হান্নগুম তশেং-তশেংনা ॥

নীংজবা মপান তাংনা হিংনখিবা
তাংককশিং পূংজাশিং মিৎকুপশিং
ঐ কাউদে, কাউরম্রোই নঙসু
নীংশিংলি ঐদি, নীংশিংলম্লি নঙসু ;
শাৎনীংদনা শাৎখিবী লৈরাংগুম
শিঙ্গনরগুমশি পিরাংদি অমুক হন্না
নোকসি মোমোন মীনোক কয়া
পূক্নীংগী পাঙ্গল লৈরিবমখৈ ॥

করিগুম্বা ফাউরকপা থোক্লবসু
থম্মোই'নুংগী মীকপ-মীরাউখোল
কাউনগুমসিকো বসন্ত'ই মতম
নুংশিবগী খোঙজংদা মোমোন্নখিবা মিৎকুপশিং
খূদম মমি তাহৌবা থৌদোকশিং।।

করিগুম্বা চাক্লকপা থোক্লবদি
থম্মোই'নুংদা অনুতাপকি মৈরি-মৈশানা
নীংশিংনসিকো অদুঙৈগী থৌদোক
নরাল-ইরালগী ৱারীশিং
ৱারৌ-পূক্লৌগী পূংজাশিং ।।

করিগুম্বদা খল্লুগনু চিক্লিঙৈ
করিগুম্বদসু নীংগনু নাইতোমলিঙৈ
উনররোই মপোক লাংওন অমদা
খলহৌনিকো মলোমনি পুন্সিগী
কাযন-খাযন মৈশাগী;

মপোক লাংওন অমদদি
ঐ নঙবু ঙাইরমগে
নঙসু ঐবু ঙাইরম্মু ;
নীংশিংব'ই নীংঙমদ-ঈপাকথক্তা
নঙ-ঐগী হৌখ্রবা নুংশি থৌদোক্লা
শেমসি মুৎলরোইদবা নুংশি-মুর্ত্তি অমা
ৱাকৎনিকো পাউদমনিকো ঐগী পুন্সিগী
অরোইবা পাউদম! অরোইবা ৱাকৎ!!

নভেম্বর,৭৪ ইং

(২৫)

# খূদোলনি মহৌশাগী

লৈখোক অমতগী লৈরাংনা
লৈনা লৈওং মান্নদবা
লৈকা লৈচু তিন্নদবা
লৈনম লৈশক খেন্নবা
নত্তে জাদুগরগী খূৎশেম,
খূদোলনি মহৌশাগী ॥

অশাউবগী অকিবা মতৌ
অকিবগী শোম্বরবা শকওং,
অঙকপগী থাজখিদবা মওং
থাজনবগী নুংশিনবা মতৌ
ঙম্না তিল্লবা মালেমসে
হে মী কৌবা জিব !
হায়গনু নখোয়গী লমজিংনি,
খূদোলনি মহৌশাগী ॥

নুংশিবনা পিরাংগা লোয়নখিবা
কায়নবনা নীংশিংববু থাদোক্তবা
নিংথিবনা যৌবনবু নুংশিবা
থুংনবনা নুংশিববু থওইরক্তবা
নত্তেকো কবি মখোয়গী কল্পনা,
খূদোলনি মহৌশাগী ॥

কায়নব'ই পিরাং'মল
নিংথিবগী শুক্ষৎ-লৈতেং
পামজব'ই পামজ-খূদোল
নুংশিব'ই শেংলবা থম্মোই
শেমখিবা লৈতে কনানসু,
খূদোলনি মহৌশাগী ॥

লাল -
চাকখাউগী লাল,
হিংনবগী লাল,
ৱাখলগী লাল,
পূক্নীংগী লাল,
নিংথৌফম মুন্নবগী লাল,
মন্ত্রীফম তান্নবগী লাল
ঙম্না থোক্লিবা মালেমসিদা
নত্তেকো কনাগীসু থৌরাং,
খূদোলনি মহৌশাগী ।।

মলোম - পুন্সিগী মলোম কোক্লাইদ্রবা
হূ - ফৎত্রবা পূক্নীংগী হূ - লোইনাইদ্রবা
ঈ - গর্ভ অমত্তগী ঈ - তৎনবা য়াদ্রবা
ঈনা ঈগী লাই ওইবা
ইনশিল্লকপা নত্তে অমনা অমদা
খূদোলনি মহৌশাগী ।।

নুংশিব'ই হিদেন য়ৌরক্লবা
হিহোনবা-হিহোনবীশিং,
পম্বুংফম খঙখিদ্রবা লম্মুক্করবা যাত্রিকশিং
নুংশি-লালদা মায়থীরবা নুংশি-বন্দীশিং
নত্তে অমনা অমগী য়ুমফম,
খূদোলনি মহৌশাগী ।।

লুপা থোকউ থোক্লবী
সনা থোকউ থোক্লবী
অমৃতগী মশক-ওইরবী
লোকনুং লাইজ ঈশিং-চাইবী
নত্তে মীওইবগী খূৎশেম,
খূদোলনি মহৌশাগী ।।

তাং ২৬।১১।৮৫ ইং

# (২৬)

# কায়ন-মৈচাক

খাঙজবি কাযন-মৈচাকসে
পুন্সিগী ওইনা নচে ঐনা ;
শিহজবি মিৎলু-পিবাংসে
ইচে'ই ইবেম্মা নঙগী ।।

পোকমিন্নবী নত্তে খনগনু
গর্ভ অমত্তগী ঈবেম নত্তে নীংগনু ;
পোকমিন্নবী পোকমিন্নদবীগী খেন্নবা
খনখিবা লৈতে নচে ঐনা ।।

লাল্পরি নুংতি নুমিৎ খূদিং
কৈবোয-লৈকায নমান্নবীশিং ;
শান্নবরি খূৎলোকপী যুমশাবী
ইমিৎসে থন্দ্রেদো ইনাউ যাওদবনা ।।

তম্লম্লমানে বিধিনা অসুম্না
পোম্না পোম্না কেল্লরেদো
শাৎমিন্নরিবী লৈরাং ঐগী লৈখোঙদা
অমুক হন্না উররোই শোঞ্জবা নত্তনা !!

তাং ৩০।১০।৮৫ ইং

# (২৭)

# লৈ অমদা

লৈখোক কংলবী লৈকোন লৈরাংনি
খঙহৌদে কনানসু, তাকলমদে মহাক্নসু ;
অসুম্না ওইনি থাজরুবা লৈতে
কনাসু মিৎকুপতো চেকশিল্লুবা নত্তে ॥

মতমনা মফম-খঙদ হৌখিদৈঙে
তাইশিন্নহৌদে অরান-অহুই নোংমতসু ;
ৱারৌ ৱাহৈ কয়া লৈনখিবা
শেংদোক্লবা নংহৌদে অমত্তসু ॥

অৱা-মৈশাদু লোইখ্রে মাগীদি
লেমহৌবতনি পাপ-চেল্লবা নঙ-ঐদা ;
লৈথোকঙমদ্রবা পুন্সি ওইরবনি
নঙ-ঐগীদি মাবু নীংশিং-নীংশিং ॥

লৈবাং-চার কয়া লৈহৌরি
নীংশিংদনা চৎখ্রেনে মহাক্তি
পোৎলূমদো শিন্নরম্লেনে নঙ-ঐদা
চারগী লৈরাং শাৎলক্লবা ॥

তাং ১৩।১১।৮৪ ইং

# (২৮)

# মরুভুমি

মরুভুমি নঙ নোকউ
ঐসু নতুং ইনগে ;
নঙগী মীনোক্না পুবিরেনে ঐবু
মহাভাবতকী লাঞ্জাউ মরক্তা
ভাগ্য-বিধাতানা কবিসু লেপ্লিদ্রবা
কৌববকী যেৎকী পাম্বোম
নীংশিংহল্লেনে দাতা কর্ণবু ॥

মরুভুমি নঙ কপ্পু
ঐসু নতুং ইনগে ;
তোর্ব্বান ব্লাংমদা লেপলি
মখোয মযাম মূনা মূনা
মতৌ যেংনীংবসু যাওবি
লাক্নীংবসু কোঙ্গাইনি ;
মখোযগী ব্লানা কপহল্লে ঐবু
লাঞ্জদনা হিংজগে খঞ্জবা পুন্সি
লোযনকবনা মাবু লালহনবিবে নঙবু
চযেৎনববা পুন্সি'ই থৌদাং পুদুনা ॥

মরুভুমি নঙ নোকউ
ঐসু নতুং ইনগে ;
চযেৎনরবা পুন্সি থৌদাংলক্তগী
কোল্লবা পূংজা অমত্তং থিসি
লমজিংবিয়ুনে অদুগা
মখোয মযাম অমা চৎলিবসে
মিৎ পাঙনা পাঙনা উদ্রবশিংসে ॥

মরুভুমি নঙ নোকউ
ঐসু নতুং ইনগে ;
নীংজবনা অমা ওইবকপনা অমা
অনিগী খেন্নবা তাযোন্নরবা তাইবংদা
লৈহাউ যাওদ্রবা লৈকংলাদা হৌবা
মযোন-কংলবা পামেলদু নৎত্রনে নঙ-ঐ ;
মম্লি-মম্লি মুশি-মুশিববা
নরক্কি চৎনদ্রবা লম্বীদুদা
চৎলিবনি নঙ-ঐ চৎনীংদ-চৎনীংদ ।।

মরুভুমি নঙ নোকউ
ঐসু নতুং ইনগে ;
মাযা-মরিচিকানা নঙগী ভাগ্য-বিধাতানি
মরুদ্যান্না নঙগী পুকস্বার্থনি ;
মায়থীববা লাম্মী অমগুম
কনানসু নঙবু শক-শোনবিদ্রে ।।

মরুভুমি নঙ নোকউ
ঐসু নতুং ইনগে ;
নঙগা কবি খেন্নবি ঐগা
নঙনা পাক্লবা শারবা অহাঙবনি
ঐনা পম্বুং লৈতবা খোঙচৎনি ;
ৱাবনা খম খেংলবা যাত্রিক কযাগী
পোত্থাফম পীবিরিবা হে মরুদ্যান ।
মরুভুমি নঙগী খূদোলনি ।।

তাং ৫।১২।৮৫ ইং

# (২৯)
# চৈনাখোল

পীবিবম্রে চৈনাখোল অমা কোক্লবোইদবা
পুন্সিগী কোক্লবোইদবা ।
অসুক কনবা চৈনাখোলদি
ফংলবোই অমুক হন্না পুন্সিগী
নীংজমনবু থুংখিববনে চান্নবী
ওইবসনু মিৎলুগী পিবাংসে
শিন্থবা অসুম অসুম
লেপ্পা লৈতনা হিংলি'মখৈ পুন্সিনা ।।

বিধিনা থীনা তম্লমইদা
ফংহৌদে উনজবা
অবোইবা মিৎকুপতা
লাইবক থীবে মপোকসে
কবি অশোযবা লৈখিবা
নঙগী ঐগী থৌদোক্তা
কবি অবানবা যাওখিবা
নঙগী ব্রাহং ঐগী পাউখুমদা ।।

ওইখোক্লবোই পবেং লেংলুবা
অমুক হন্না খোমজিন্দুনা
তৎলবা অঙৌবা লৈপবেংগী
অচাইবা লৈমন-চল্ল লৈনাশিংবু ।।

লৈমন চনখ্রবী লৈনাশিংবু
যেংজরি মীৎফম হোংদনা ঙসিসু
সংস্কারগী মৈরি-মৈশা
যৌরক্লি লেপ্লা লৈতনা হৌজিকসু ॥

খূৎলাম তোয়না কৌরনু
চৎলো চৎলো কায়নরসি
অমুক হন্না উনরগুমসি ;
মপোক লাংওন অমদদি
ঐ নঙবু ঙাইরমগে
নঙসু ঐবু ঙাইরম্মু ॥

তাং ১১।৮।৮৪ ইং

## (৩০)

# কায়ন-ঈশৈ

মায়থোংদু উরুরগা
খোঞ্জেলদু তারুরগা
করিগুম্বদা ……
নৎত্রগসু উবগুম্না তাবগুম্না
পূক্নীংদা ফাউরক্লবদি
অকাউবনা মাঙজিল থাখ্রবা
পুন্সিগী হৌখ্রবা লামাযশিংদ'ই
খিজরুবনি নীংশিংবগী লংজিন অমত্তং ॥

নীংশিংব'ই লংজিন্দা যাওরিবা
শোল্লবা লংলা মকুপশিংনা
ওইখিবনি লম্বী নুংশিনা নুংশি-লম্বী
থদৎপিখিবনি লংলাশিংদু অমমমতা ওইনা
কনাননো ? কনাদবু তাযনগনি ?
কনাবু ব্লারৌগনি ? কনাবু শক-শোনগনি ?
লেপখিবনি তৎলবা লংদোন্দা
কাযনবা কৌবা মহাক্লা
ওকপিখিবনি তরাম তরাম মাবু ঐবু ॥

অঙৌবা ফিজোলনা নুরাগী লৈতেং ওই
অমুবা শম্লাংনা মায়থোংবু কূপ্লগা
শকখি কাযন-ঈশৈ
শক্লি ঙসিসু ময়েক হোংদনা
অযুক-নুংখিল-অহিং খাক্তনা
অহিক্লবী সুরদা কাযন-ঈশৈ !!

তাং ৯।১৬।৯৬ ইং

# (৩১)

# লাক্লরোয় মতমদো

লাক্লবোয মতমদো ।

নাৱা-পুন্সি ওইবিঙৈ
মৰূপ-মপিজা কযাগা
হবাও-তযাম শান্নমিন্নখিবা
পেনবা কৌবা লৈতে
লাক্লবোয হন্না মতমদো ॥

পুপুগী তৃমথেম ৱাবী নুঙাইবনিদা
মনিং-লৌবুক্কী উতোং-চাক কল্লকইদা
বোবোক্কী কৈথেন ঙামোক হাউবনিদা
যাম্মিগা যামদেগা খৎনবিপোৎনিদা
ঐখোয মশেন - কনাসু মলোম লৈনখিদে
লাক্লবোয কল্লক্লবা মতমদো ॥

খাতোনচাগী নাবৈ নাবনিদা
পাউখোন যাদে হাযবগী
ইচেচৌগী ঈশিং খূৎচাই নুঙাইতেদা
তৃম্লিঙৈদবু খংইং ইংইদা
যাহৌ থেঙঙি হাযবগী ॥

চৈবাউবা - চীংকাবা
কালেন ছুটি - অমাং কোযবেং
বথজাত্রা - ক্ষেচি লুম্বা
দুর্গা পুজা - বম্বুলা থাবা
কৃষ্ণ জন্ম - নোংমৈ কাপ্পা
যাউশঙ - অবেব তৈবা
জুবা-জুবা লাকখিবা
কল্লক্লবা মতমদো ফংদ্রেনে
লাক্লবোয হন্না মতমদো ॥

মতমগী খোঙলোই হোংবনা
ফিজেৎ চাকচাসু মহোংই ;
পেনবা লৈতে অঙাং ওইরিঙৈ
চাবগী, শান্নবগী, নোকপগী পঙনুংদা নুঙাই
ঙসিদি হায়নবে অমসু অমসু
অচাবনা মহাউই
চমফুৎনা থরায় তাই ॥

ঙসিদি ইতাউনা চীংদা লৈখবে
পাখৌনা থাদা কাখরে
নঙনা অচৌবা ওইখরে
মানা ইরমদম থাদোকখবে ;
অসুম্বা ঙাক্তা ঙাইখবে
পুন্সি ঈশৈ শকমিন্নদরে
লাক্লবোয হন্না কল্লক্লবা মতমদো ॥

তাং ৬।১০।৮৬ ইং

# (৩২)

# মীনুংশি

পুন্সি !
নহাকসে হৌখিবা খণ্ডহৌদে
খণ্ডনা-খণ্ডনা , উনা-উনা, তানা-তানা ॥

কনানা শুরি চোকথবা নাইদনা
হুমাং মরিক -মরিক্কা তাকলিবা পুন্সিবু পুদুনা,
কনানা কপলি তেংথা-নাহেনা ;
মখোয়গী অৱাববু উবিবদি ঈশ্বর মহাক্তনি ॥

মিতাজবা লৈতে মখোয়গী ফুৱা-দলালদা
লৈজদে আশা, উজদে শক্তি
নীংজবদি লান্দেনা ;
ঐসু নঙসু মাসু মীনিকো
মীনা মীবু মীনুংশিদা মীনমনুসি
মসিতদি কাউননুসি ॥

পোলোয়দি অমতনি হৌরকফম তিন্নদ্রবসু
চৎথ্রবদা থৱায়না হকচাংবু থাদোক্লুনা
অমত্তা ওইখিনি নঙসু - মাসু - ঐসু
লৈরমনি মফম অমদি
মীনুংশি খণ্ডবা মাগীদি ॥

তাং ৩।৬।৯৮ ইং

# (৩৩)
# ইমা লৈবাক

নুংশিজৈ ইমা লৈবাক থৱায়দগী হেন্না
পাম্মূজৈ ইমা লৈবাক মাঙখিগদরা ইরোন্নুংদগী ॥

কখোকচৈ ঐনা ঐগী থৱায় -হকচাং
চঙজদুনা ইমা নঙোন্দা মতম খিবিক্তা
ইমাগী য়াইফনবা, ইমানা পেনবিনবা
ঙাইজৈ ইমাগী য়াথংবু পূক্লীংচংনা ॥

চাউখোকচৈ মহৌশাগুম ঙসিসু ইমাগীদমক্তা
য়েক্ল-মাঙদ অকি-অখং লৈতনা
হিংলি ঐখোয়পুম্বা ইমাগী অনৌবা আশাদা
পম্বুংনি ঐখোয়গী ইমাগী মিংচৎনা ॥

মখল শুনা শাৎলি ইমাগী লৈকোন্দা
মচু -মচুগী লৈরাংশিং -
হিন্দু, মুসলমান, খৃষ্টান, বৌদ্ধ, জৈন
শাৎলি লৈকোনসিদা অমত্তা চিখদনা ॥

শিঙ্গরক্কনু পিরাং ইমাগী মিৎলুদ' ই
লৈরি ঐ-ঐখোয় পুম্নমক ইমা'ইদমক্তা
করিগী নীংহন্নরি, করিগী শিঙ্গরি
নচাশিং ঙাক্তনি ইমাগী হায়বা ইল্লবা ॥

তাকপিরি ইমানা অপুনবনা পাঙ্গলনি
য়েংথীনবা থমগুমসি নখোয়-ঐখোয়
চৎসি ঐখোয় মায়োক্লরসি যেক্লবা
থোংমান্নবা অমত্তা ওইবা খোঙথাংদা ॥

কাউবিগনু ইমাও ! লিশিং পোকপী
চৎথ্রবসু ঐ অমা য়েক্ল-খূত্তা
লৈহৌরি মখোয় য়েক্লববু নমহৎনবা
অমগী মথংদা অমা লেপ্লদুনা ॥

নোমখিনি পূক্লীং- পাঙ্গলনা লৈরি'মখৈ
ইমাগী লনগৈ চোন্নবা
ইমাগী পাম্বোম লিংনবা
ইমাগী মায়থোং লংনবা ॥

লাইররবী ইমানি কনানা হায়রিনো
লৈরি হিরম শুরবা নচাশিং
শান্নরোই, বিজ্ঞানিক, ধর্ম্মরাজ, রাজনেতা
মালেমসিবু খূদুম চন্নবা ॥

কাউজদে মীথা পোনবা হৈত্রবীনি
অচুম্বদা য়ারেকপীনি, লাল্লবদা ঙাকপিহৈবীনি
শাউগন্দবীনি - শাউরক্লবদি নোংশাগুম্না থৌবীনি
চৎচরি মসি ঙাক্লা নচাশিংনা ॥

চেল্লি গঙ্গা জমুনা নর্মদা
পুদুনা ঈচেলশিং অমত্তা চিত্থদনা
মচাশিংনা মমাবু নুংশিংব'ই
উৎলদুনা অমত্তা ওইব'ই মতৌ য়েক্ল-মাঙদা ॥

থাংগৎলি ব্রাংনা ইমা নহাকপু
শক-তাক্লদুনা হিমালয় চীংশাংনা
কিহল্লি থক-থক নীকপমখৈ
মীরৈবাক'চাশিংবু ইমাগী চীংলেপ্লবা মতৌনা ॥

তাং ৩।১১।৭১ ইং

# (৩৪)

# নীংজমল

খুইরবী মায়থোংদা
তারিবা মমি ফজরম্বে
অদুঙৈ নিঙোল শঙ্গাইদা
নীংতমজরিঙৈ নিঙোলনা
নীংশিংহল্লে নৌহৈনা
ঙসিগী নুমিত্তা তারমদাই কোরৌগী মঙালদা ॥

কুমওন খূদিং লাক্লিবা নীংশিংবা
খূৎথেক নাইনা থিখিবা লৈখিদে
নীংশিং নীংশিং কুমজা মশিং যাম্লক্লে
যৌবন-পুন্সি নীংশিংবদা মঙাইরে ॥

নুংশিবা নৎত্রবসু নীংশিংবা অমা
থম্মোইতগী ওইবা নীংজবা অমা
থমখিবা নফমদা পুন্সিগী ওইনা
করিগীনো নীংশিংলগা
শিহ্বরিবা পি-মরিকসে মিৎলুদ'ই ॥

অরেম্বনি নীংজমন খনখিবা পুন্সিনা
তাযোন্নরবা ৱাখলনি লাল্লুরবা থম্মোইগী
ঐনা উরি ঙসিগী নুমিত্তা
তারমদাই কোরৌগী মশেক মঙালদা
'খুইরবী মায়থোংদা তারিবা নীংশিংবগী মমি' ॥

তাং ৩।১১।৭১ ইং

## (৭৫)

# মরক-মরক্তা

লোৎচরবসু তওন।
নুংনাংবনা থল্লবা পূক্নীং
নীংঙমদ-ফিরাংজিনা য়োল্লবা
মচু থোক্রুবা মাযথোং
থম্মোইগী কাচিন অমদা,
পুন্সিদা করিগুম্বদা মরক মরক্তা
করিগীনো ঙাওহল্লিবা ঐবু
মথোঙ মরম খঙদনা !।

অসুম্না হায়ফম তৌফম খঙদনা
পুন্সিদা করিগুম্বদা মরক মরক্তা
মাযাগী লিপুন্না পুনবিবা
করি মতৌ কৌবনো ??

নুংনাংবা নীংঙমদবা !
করিগী লাক্লিবনো
পুন্সিদা করিগুম্বদা মরক মরক্তা
ইঙ্গিৎ অমা পীবদুনা ।।

তাং ২৩।১৯।৯৮ ইং

(৩৬)

# নীংজ-লাংওনদা

মপোকসিদি লেপ্লে ফোঙঙমদনা
লোন্না নুংশিজবী কনাগুম্বী অমদা ;
থম্মোই পান্দবীনি খনখিবা লৈতে
নুংশি-খঙদবীনি নীংখিবা লৈতে ॥

ঈশৈদা লুপচবী, ঈশৈদা ঙাওজবী
কবম্না কৌবসিগে নঙবু মপোক'সিদা
ঙাওববনি ঐদি নুংশিবা সুবদা
ৱাখলগী ফিবাংজিথক্তা শক্লিবা ঈশৈগী ॥

থাজগী মঙালদা খোযদাজবী থবো
কোবৌ মশেক্তা ঙাওজবী নুমিৎলৈ
শাৎলুকো ফুগাযনা কল্পনা ইহৃমলক্তা
নীংজ-মপোক লাংওন অদুদদি ॥

সনাগী ফিবাংজিথক্তা
লুপাগী ফিজোল শেত্তুনা
ঙাইবম্মু পুন্সি-লম্বীদা
কুন্দো পবেং পাযদুনা ॥

নুংশি তর্পন কৎলবনি
পুন্সি-ঈচেল ঈপাকসিদা
নুংশি ভিক্ষা হাপ্পিনবা
থৱাযনা পাম্বা নীংজ-লাংওনদা ॥

তাং ৫।১২।৮৭ ইং

# (৩৭)

# ঐগী পুন্সি ঐগী আত্মা

হে নুংশিরবা ঐগী পুন্সি !
হে নুংশিরবা ঐগী আত্মা !
কায়নগনু নখোয় অনি
হৌনদুনা চৎলু পুন্সি ঈচেল ঈপাক্তা ॥

হে লেপতবী ঈচেলও !
পুবিয়ুকো ঐগী পুন্সি, ঐগী আত্মা
অমত্তা ওইনা পুন্সি-হিনাউ অমদা
তাউথহল্লু অদুগা পুন্সি-ঈপাক্তা ॥

হে পোত্থাদবী মালংবও !
হুমবিয়ুকো ইংলবা মলয়া নুংশিৎ নামিবা
ঐগী পুন্সি, ঐগী আত্মা অনিমক্তা
তোংলিবা নৌরেন-লোয়ন-হিনাউথক্তা ॥

হে পুর্নিমাগী থাবলও !
য়ৌহল্লক্লনুকো থাশিগী অহিং অমুক হন্না
ঐগী পুন্সিদা, ঐগী আত্মাদা
চেহ্ররিবা পুন্সি-পোৎলূম পুদুনা ॥

হে থোক্লিবা কোরৌও !
ঙালহনবিয়ুকো নঙগী নশেক নঙালনা
ঐগী পুন্সি, ঐগী আত্মা অনিমক্তা
তাউথ-লোয়না-চৎলিবা পুন্সি-ঈচেলদা ॥

হে নুংশিরবা ঐগী পুন্সি !
হে নুংশিরবা ঐগী আত্মা !
থানগনুকো নখোয় অনি
য়ৌরুরোকো কায়নদনা পুন্সি পচ্হুংফমদা ॥

তাং ৩।১০।৯৮ ইং

# (৩৮)
# পাউখুমগীদমক

ৱাহং অমা হংই
পাউখুম অমা লাকই ;
ৱাহং অমসু হংই
পাউখুম অমসু লাকই ;
ৱাহং মথং মথং
ৱাহং খূদিংগী পাউখুম ফংবরা ?
ফংদে ! ফংদে !
ফংনবা থিরি ॥

ৱাহং কযা শেম্লি - পাউখুমগীদমক
মীওইবনা হিংলি - পাউখুমগীদমক
মীওইবনা শিখি - পাউখুমগীদমক
মীওইবা কযা পোক্লকখিগনি
পাউখুমগীদমক !
পাউখুমগীদমক !
পাউখুমগীদমক !!

মীনা মীবু হাৎলি - পাউখুমগীদমক
মীনা মীবু ৱাংনা থাঙ্গৎলি - পাউখুমগীদমক
মীনা মীবু নমথৈ - পাউখুমগীদমক ॥

তাং ১৭।৭।০১ ইং

## (৩৯)

## ঐ

ঐনা খঙলকপদা
ঐ - ঐ অদুম ওইরম্রে
চাগনি, কপকনি, নোক্কনি খঙঙি
তৌনীংবা তৌগনি খঙঙি ॥

ঐ হিংখিনি খোঙফম কায়দনা
স্বর লেপ্পা য়ারোই
অঙানবসিগী অমম্বা মরক্তা
চাননবা কদায় নাচুংদনা ॥

ঐ য়েংখিনি
মীনা মী চাবা
মীনা মীবু ইকাইখুম্নদবা (খোঙ্গোয়নবা)
মীনা মীবু মী মালহন্দবা
মীনা মীবু মীগুম উদবা
মীনা মীবু মীনাই ওইনা শিজিন্নবা ॥

ঐ তাখিনি
মী হাৎপগী পাউ
খোঙ্গোইনবগী মৈচাক-মৈশাগী পাউ
নমজা-নমথেকপীবগী নাহেরবা খোঞ্জেলশিং
লাঞ্জদবা লাঞ্জদবী কয়াগী চৈনাখোলশিং
মবূক-লাম্নবা কয়াগী য়াক্লবা খোল্লাউশিং ॥

ঐ নোকখিনি
অপঙবা মতৌদা !
ক্বাক্বা কোকিল শারিবা মখোয়শিংগী
মকু-নানবা মনুংহোবা উপালশিংগী
মচা য়োক্তবা, মীচা য়োকপা মমাশিংগী
কোক-পান্দ্রবা লৈঙাক মপুশিংগী
ঙসিনা করি হয়েংনা কদায় খন্দ্রবশিংগী
অরংববু সনানি খূল্লবশিংগী
চাবদা, পোত্থাবদা হুমাং শৌরবশিংগী
নোম্বদা, শুবদা হকচিক লাংলবশিংগী ॥

ঐ য়েংলোই
মোমোন্নবী মাযথোংশিং চীল্লোক্লবা
মমায়দা অমৃত তৈরিবা
ময়াদা হূ ফুন্নিবা
মকোক য়াওদ্রবা মখোয়গী
মায়থোং-মায়থোংশিং !!

ঐ তাবা পামদে
নুঙাইবা পাউজেলশিং !
ময়ানুপা ফংজবগী
মচানুপা পোকপগী
পরিক্ষা পাস তৌবগী
সিনেমা, ড্রামা, লিলাগী
জগোয়গী, ঈশৈ-নোংমাইগী
য়া-য়া ব্বা-ব্বা নোকপা খোঞ্জেলশিং ॥

ঐ হংলোই
জ্বারকুমার মাঙখিবা করম্না ?
সনা তম্ফা শিরম্বা করিগী ?
জিবোনশাবা হাৎখিবা কনানো ?

ঐ হংখিনি
ফোর কদায়দা
য়ু কদোমদা
গঞ্জা কংক্রুদা কয়া ?
কানি উতোংদা কয়া ??

ঐ খন্দোকখিনি
হনবা লৈতনা, লেপ্পা লৈতনা
অঙানবা মরক্তুগী অমুবা মৈরিশিং
অমুবা মরক্তুগী অরংবা মশেকশিং ;
থিন্দুনা তাক্কনি নখোযদা, পুন্নমক্তা
মসিনা মসিনি
মসিনা মদুনি
খঙহৌনবা, খোৎচিনহৌনবা ।।

ঐ তাউথরি
মঙলানগী সাগরদা অদুগা উরি
চৎমিন্নরিবা ফজবগা ফজবীগা
খৎনরিবা অথীবগা অথীবীগা
হাৎতোক্নরিবা অমগা অমগা !
পিতৎ-পাতৎলবা মখোয় মশেন
পু-পাং শুদ্রবা মখোয়-মখৈ ।।

ঐ হিংখিনি
খোঙফম কায়দনা চেৎনা চেৎনা
ঙসিগী নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
অঙানবসিগী অমুবা মরক্তা
কমদৌনা হিংদোইবা নাচুংদনা ॥

ঐ য়েংখিনি
ঙসিগী মালেম, ঙসিগী চৎনবী
পুন্সিনা পুন্সিবু পুন্সিগুম উদবা
থম্মোইগা থম্মোইগা লাপথোক্লবা
হকচাংনা হকচাংবু ললোনবা ॥

ঐ তাখিনি
ঙসিগী থৌদোক কয়া, বাথোক কয়া
মৈচাক মৈশা খোঙ্গোইনখিবশিংগী
নাহে-খোঞ্জেল তুহৎপিখিবশিংগী
য়াক্লবা খোল্লাউ পাঙ্গল থোক্তবশিংগী

তাং ১।১।৯৩ ইং

(৪০)

# হায়নৈ

রিভোলুসন অসিগী পান্দম করিনো ?
খোঙচৎ অসিগী পচ্ছুং করিনো ?
শুজ-নোমজরগা খর চাজবা
অহাউবসু ওইসনু করিগী য়েংশিল্লি ?
মীনা হায়নৈ ॥

টেবলদা ফম্ববু ইঞ্জিনিয়ার কৌবরা ?
অথীবা খূৎই হৈববু ডাক্তর কৌবরা ?
মমিৎ উদবা হৈরবা জর্জ কৌবরা ?
মচীনথীবা হৈরবা উকিল কৌবরা ?
মীনা হায়নৈ ॥

শৌগ্রিবু এঙ্খাংলা ?
জগোয শাবীবু নুপীরা ?
লুখ্রাবী মচা লেম্না মাঙলোই
থাযনগী হাযনবী হৌজিকসু
অদুম হাযনৈ ॥

শিকিবু পৈশা চিংবরা ?
য়ুঙাওবা লাকই যা-য়া
সিফাই লাকই কিবিদে
নহারোল লাকই বাবা লোৎলু
অঙাংশিংনা হায়নৈ ॥

লৈবাকসে হুরানবা ঙাক্তা ঙাইরে
অচৌবদগী মচা শুনা লোয়না
অশেংবা নহারোলনা কনানো ?
হুরানবা নহারোলনা কনানো ?
'নুংদা হায়নৈ, হংনৈ ॥

ইথক্তা হিংলিবরা মীনা পীজরিবরা
মীনাই, মীনাই, মীনাই !
মীনাইদা অদুম ওইদুনা লৈরগদরা ?
করিনো লংলা-লংজিন ফংদ্রিবসিবু
পূক্লীংনা খল্লি ॥

নীংতম্বা পাম্মীনা পামদবা লৈতে
কনা কনা তান্নমিন্নবদি য়াওখ্রবগে
ইথন-ইথক্ত শোঞ্জবা নত্তনা
পচ্চুং অসি ফংননবা
ঐসু নঙসু মাসু হংলি ॥

পাউ-চেনা ৱায়েনবা
মতৈ-মনাউ খৎনবা
পাখং লৈশাবী কোয়নবা
লোত্তরি পৈশা ককথোক ককশিনগী
ইখ্খোল পাট্টাগী, য়েন্নাউ মাঙখিবগী
অচুম্বদু ঐনি - অরানবদু নঙনি
চীঞ্জাক কাম্বগী, মিৎয়েং শোয়বগী
ফোর, ফোর, ফোরগী ৱাথোক
মতমনা হায়নৈ ॥

লৈবিগে হায়রিরো লৈবিরোই হায়রিরো
য়াদ্রদি মাঙখিনিকো মাঙখো হায়রিরো
হেক চৎখিবু হেক মাঙখিবু
নাতৈ চানরোই হায়রিসিনিকো
য়ুমলোন্নবদা হায়নৈ ॥

তাং ১।১।৯৩ ইং

# (৪১)
# অশেংবা মরূপ

তুংদা লাক্কনু ঙাইবা ঙম্লোই
মাঙদা চৎকনু ইন্নবা ঙম্লোই
নাকন-নাকন, য়েৎ ওই চৎমিন্নসি
ৱারী শাসি, নোকসি
অদুগা তান্নসি তান্নবা য়াবা ॥

সিনিকো সিনিদা মরূপ !
নাকন্দা চৎলিবা নহাক - ঐগী মরূপনি ।
তুংদা লাক্লিবা নহাক - ঐগী মরূপ নত্তে !
মাঙদা লাক্লিবা নহাক - ঐগী মরূপ নত্তে !

হো পুন্সিগী মরূপ !
নহাক্লি ঐগী থৱায় !
নহাক্লি ঐগী আশা !
নহাক্লি ঐগী তাইবং !
নহাক্লি ঐগী মণ্ডলান !
নহাক্লি ঐগী পোত্থাফম !!

ঈশ্বর কচ্চা ! নহাক পক্কা !
নহাক্তি ঐগী ঈশ্বরনি !
নহাক্তি ঐগী পচ্ছুংফমনি !
নহাক্তি ঐগী মুক্তিনি !
নহাক্তি ঐগী ভক্তিনি !
নহাক্তি ঐগী শক্তিনি !!

মরূপ অমা থিবা ফংলবা নহাক্কী
মরূপ অমা থিবা ফংলবা ঐহাক্কী
মরূপ অমা থিবা ফংলবা মহাক্কী
মালেমদা শান্তি ফংগনি
মালেমদা শান্তি উগনি ॥

নঙনা নঙগী মরূপ থিয়ু
ঐসু ঐগী মরূপ থিগে
মাসু মাগী মরূপ থিসনু ॥
শান্তি ! শান্তি ! শান্তি !
শান্তি পুরক্লবা মালেমসিদা ॥

তাং ৬।১১।০৬ ইং

# (৪২)
# করিগুম্বদা

করিগুম্বদা নীংশিংলকপা তারবা
নুঙাইনা লৈরমনি নীংবীয়ু
মহৌশাগী মহৌশা ওইরি
নোক্কনবী ঐ নোক্কনবীনি ॥

করিগুম্বদা লাইজ-ঈপাল লাংলবা
মায়থোং মিৎস্ন্রা থম্বালদা
নীংশিংবিয়ুকো অদুঙৈগী থৌদোক
থেমগনবী ঐ থেমগনবীনি ॥

করিগুম্বদা কপ্লগে খল্লবা
নীংশিংলগা কায়ন-থৌদোক
কাউনগুমসিকো ঐগী ৱাশক
শাউগনবী ঐ শাউগনবীনি ॥

করিগুম্বদা মাই ঙম্মোই হায়ররবা
মঙফাউনদ্রিবা মঙলান কয়াদা
কায়গনিকো  মচেৎ তানা থম্মোই
কপকনবী ঐ কপকনবীনি ॥

করিগুম্বদা লেপ্লরবা শক্লদুনা ঈশৈ
ইন্নরককনি নতুং জগোয় শানা
য়েংবিরকউকো মোমোন নোক্লদুনা
ৱারৌগনবী ঐ ৱারৌগনবীনি ॥

করিগুম্বদা হিংগে খন্না হিংলবা
য়ৌবিরকউকো মপাউ পচ্থুংবু উৎলদুনা
অদুঙৈগী ইশুং ইমান্নবী অমদা
ৱাজগনবী ঐ ৱাজগনবীনি ॥

তাং ৯।৭।৮৬ ইং

## (৪৩)

# অৱা-নুঙাই

অৱাবা মরক্তা অৱাবা
নুঙাইবা মরক্তা অৱাবা
নুঙাইবা মরক্তা নুঙাইবা
অৱাবা মরক্তা নুঙাইবা
অৱা-নুঙাই তাইবং কুম্মৈনি ॥

থবক ফংদবগী অৱাবা
থবক ফংবগী নুঙাইবা
চাবা ফংদবগী অৱাবা
চাবা ফংবগী নুঙাইবা
অৱা-নুঙাই তাইবং কুম্মৈনি ॥

মীশি-মীনাগী অৱাবা
মীপোক-মীনৌগী নুঙাইবা
হূ থকপগী অৱাবা
অমৃত থকপগী নুঙাইবা
অৱা-নুঙাই তাইবং কুম্মৈনি ॥

মীগী মরমদগী অৱাবা
মীগী মতেংদগী নুঙাইবা
মল্ল-খাঙপোকশঙগী অৱাবা
ফুরা-দলালগী নুঙাইবা
অৱা-নুঙাই তাইবং কুম্মৈনি ॥

অৱাবগী তাইবং নুঙাইবগী মণ্ডলান
অৱাবগী মণ্ডলান নুঙাইবগী তাইবং
অৱা-নুঙাই মখল মখেলনি
অৱা-নুঙাই মরোন-মরোন্নি
অৱা-নুঙাই তাইবং কুম্মৈনি ॥

তাং ৪।৩।০২ ইং

# (৪৪)
# নুংশিরবা থৱায়

হে নুংশিরবা থৱায় !

নঙদি হিংলি তেংথাখোল মরক্তা
অৱা মৈশানা হুম্লবা মরুভুমিদা
খাঙলি নঙনা মতমগী চৈনাখোল
চোকথবা কৌবা লৈতনা ॥

পুন্সিগী লানবন ময়ায়দা
লেপ্পু নীংহন্নবা লৈতনা
তাইবং লিচৎ কাউদনা
লোইবা খৱা লৈতনা ॥

তাউথরোকো পুন্সি-ঈপাক-ঈচেলদা
মায়কৈ খঙনা পল্লেপফম খঙনা
পুন্সি-পোৎলূম কয়া পুদুনা
পচ্ছুংফম য়ৌননবা পুন্সিগী ॥

য়েংলুনু চৎকে নীংলুনু
পাপকী লম্বীশিং - অরানবা লম্বীশিং
মরোল মরোল নাইনা লৈরিবা
য়েত্তা ওইদা মশিং থিঙমদনা ॥
হে নুংশিরবা ঐগী থৱাই !
লেপতনর চৎলু, মাঙদা চঙশিল্লু
তুংগী লম্বী য়েংলুদনা
খল্ল-খল্লদুনা পুন্যগী লম্বী অদুতমক ।

তাং ১৪।৭।৯৪ ইং

# (৪৫)
# লাইরা-মীরা

নীংজবগী নীংঙমদবা
থাজরুবনা থরায় থাবা
পুন্সিদা পক্লক্লবা
লুরবা লায়নানি ।।

হিংলিঙেদা হংহৌদবা
শিরগা শোঞ্জবা
মীওইবগী মতৌদা
লাইমখৈনা লক্লরি ।।

চান্নবা চিন্নবা
নুংশিবা নীংজবা
খায়নবা খঙহৌদনা
জুরা জুরানি ।।

কায়নরবা কয়াদা
অরাবগী অরোইবী
পীরকপা পূক্লীংদা
পুন্সিগী পীথোরক্লবনি ।।

অহানবা - অরোইবা
অহিংবা - অশিবা
নুঙাইবা - নীংবা কায়বা
লাক্কনি লোয়-নাইদনা ।।

উরিবা উৎকুম
মীওইবগী মিৎয়েংবু
থৌশাদনা থৌরাংবু
পীররনি পি - পিদুম পিদুম ॥

ঙাইরিবা ঙকচাননা
শান্নরোইশিংনা শান্নগদবা
খঙলক্কনি খূৎশান্ন
য়েংনীংনা য়েংলবদি ॥

থম্মোইগী থাজবদা
পূক্লীংনা পেঞ্জে
ৱাখলনা ৱারবদা
হংগুমই হকচাংসু ॥

মীপাইজৈ মীওইবনা
করিগুম্বদা ককঙাওনদুনা
লাক্লিবা লানফমবু
থৌরাংলবা থোঙচৎকী ॥

থওইহৌদ্রবা থৌরাংগী
করিগুম্বদা কিদুনা
নমান্নবদা নোঞ্জরুনু
মী মালহল্লু মতুংদদি ॥

ৰাজমনগী ৰাজৰবদা ৰাঙাং ৰাতানা
মাগী মাগী মদোম মলোমদা
সিসু সিনিদা সুম্রদুনা সিনেমাগুম
হায় হায় হায়নৰবা হৌজিক্কাননিনে ॥

চাক্লিবগী চিঞ্জাক
মখল মখেলনি
লাইরবগী লায়না
পাম্নুনু পরক্কনি ॥

ওজাদা ওনশিল্লু
হনুবদা হংঙু
পীরক্কনি পাউতাক
তাশিল্লু তংতানা ॥

নীংহন্নরুনু নুপীজাদা
খিজল্লু থম্মোইদি
পীথোকউ পামজরবদি
খিত্তফাও খাক্তনা ॥

ঐনা ঐগীনি
নঙনা নঙগীনি
মানা মাগীনি
লাইনা লাইগীনি ॥

আগষ্ট, ৮৯ ইং

## (৪৬)

# মতম

হে মতম !
লেপতনা চৎলিবা নঙগী খোঙচৎনা
পুবিরকউ নুংশিবা, ফজবা, অচুম্বা ॥

কনানা তাবিগনি কনাগী দাবি
কনানা পীগনি কনাগী দাবি
ব্বাকৎফম লৈত্রবশিংগীদি
ব্বারুবগী কান্নববু লৈখিগদরা ?
অসুম নোকখিবা তাবনি
নোক্লিবগী মরম খঙদনা ॥

তেংথারমগনি মখোয়গী অপাইবা থব্বায়না
শিঙ্গরমগনি পিরাং মায়খোং চোন্না
মহৌশাগী নিতি-নিয়মবু ঙাক্তবা
মাগী মাগীদা খনবা মখোয়দা ॥

হে মতম !
হন্নমুক লাক্লুবা নঙগী খোঙচৎনা
পুবিরকউকো নুংশিবা ঙাক্তা !
পুবিরকউকো ফজবা ঙাক্তা !
পুবিরকউকো অচুম্বা ঙাক্তা !!

তাং ২৩।১০।৮৮ ইং

# (৪৭)

# পুন্সিগী তাঙ্কক

পুন্সি অসি নুঙাই
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিনি ।।

পুন্সি অসি ঙকই
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিনি ।।

পুন্সি অসি চমন্নৈ
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
য়ুম পাল্লক্লবা পুন্সিনি ।।

পুন্সি অসি ৱায়
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
অহল ওইরক্লবা পুন্সিনি ।।

পুন্সি অসি ফরক তাই
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
লৈম্ফে চৎলিবা পুন্সিনি ।।

পুন্সি অসি মথোঙ মরম খঙদে
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
লৈতাফম খঙদ্রবা পুন্সিনি ।।

পুন্সি অসি কপনীংই
হায়রোইদবা কনা লৈবগে
চেকশিনহৌদ্রবা মিৎকুপশিংগী পুন্সিনি ।।

তাং ৭।৫।৯৯ ইং

(৪৮)

# অহিংবা -হিংদবা

হিংবা পামজবনা অদুম হিংই !
হিংনীংবা মওংদা
উফুল্লক্তসু তীনগুম্না, ককচেংগুমনা
অপুম-অশা মরক্তসু হয়িংগুম্না, হনগুম্না
অচোৎপা অমোৎ অকায় মরক্তসু কাংগুম্না
মৈরিলক্তসু মৈশা খাঙদুনা
লৈনাংলক্তসু ইরোইগুম্না, ঙানুগুমনা
শিজিন্নদ্রবা নূং-চেক মরক্তসু তিল্লাইখুম্বীগুমনা
মৈখুরক্তসু মৈশাদা তাউরদুনা
উক্রোং বাক্রোংদসু লিনগুম্না
পঙহিংদা হিংই হিংবা পামজবনা ॥

হিংবা পামজদবনা অদুম হিংদে !
হিংবিদে কৈদৌঙৈদসু হিংবিদে
মথবাক শেগায়দুনা শিঁজে -
পূক ফৎত্রবশিংগী মীনৈদা
ঈগী বলিদান তৌজে
মরৈবাক্কীদমক, তুংগী মীরোলগীদকম
নোক্না নোক্না শিঁজে -
অচুম্বগীদমক, নুংশিবগীদমক ॥

তাং ৫।৬।৭৮ ইং

## (৪১)

# মীওইবগী পুন্সি

মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমদে !

খূবাক খূনমতনি;
খূবাক্না খূবাক চাবা
খূনম্না খূনম চাবা
মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমদে !!

কুন্দুনা লৈয়ু কাংখল মনুংদা
দশা ফত্তবদি পাঞ্জি য়েংলুবদা ;
চান্নবদি পুজরক্কনি লাইনা
নত্তগসু থোকঅবা অমনা
চাদ্রসু অদুম হিংবনিদা
চামল্লবদি শিবনিদা ।।

ঙরাং ভিক্ষা নিদুনা চৎহৌবদো
লৈরক কোম্হোং খূদিংদা
ইকাই-ইকি থাদোক্লুনা
ঙসিসু অদুম চৎহৌই।।

শুনীংদবা অতনবা নঙগা
শুনীংবা তন্দবা ঐগা
হিংমিন্নবা য়ারোই মান্নবা খুন্নাই অমদা
মান্নবা খুন্নাই লিংবা য়ারোই
নৎত্রগনা নঙ শিবা তাবনি;
য়ারোই বায়েনবা মীওইবগী থম্মোইবু
মীওইবগী বাখলবু, মীওইবগী পুক্নীংবু
মান্নবা কৌবা খুন্নাই অদুনা।।

চম্না খর চাজরগা
চম্না খর শুজরগা
ইচম চম্না হিংদুনা
নুপী-ইচা-ঈশু যোকপবু
পুন্সি কৌবা য়াবরা
মদুদি অশিবগা পাঙ্খকনি, লেঙদবা নূংগুম্নি ॥

হিংলবদি উৎলম্বা তায় করিগুম্বা খর
অফবসু ওইসনু
ফত্তবসু ওইসনু
ওইনীংবা ওইসনু
কাউগনু লাইগী ৱায়েন থেঙবনি
খঙশিল্লু লাইগী ৱারেপ লাইরৈবাক্তনি;
নঙগী ঙৈহাক্কি পুন্সিগী মহাউদি
থিংবা ঙম্রোই মীনসু লাইনসু ॥

তাং ২৩।৯।৯৮ ইং

## (৫০)

# নুংশিবা

ঐনা ঐবু নুংশিজে
নঙসু নঙবু নুংশিয়ু
মাসু মাবু নুংশিসনু ॥

নুংশিবা অমগী অরাবা
নুংশিবা অমগী নুঙাইবা
নুংশিবা নঙতনা খঙবনি॥

নুংশিবা !
উঙমদবী, তাঙমদবী, শোকঙমদবী
নঙবু শোঞ্জে তত্তনা
নঙবু নীংজৈ তত্তনা ;
শোঞ্জবা নত্তনা ফংঙমদে
নীংজবা নত্তনা উঙমদে
নুংশিবা নঙবু, নুংশিবা !!

নুংশিবনা পামজবদি নীংশিংবনি
নুংশিবগী পোৎথাফমদি অচিকপনি,
অচিকপদা নীংশিংজবা
নীংশিংলগা অচিকপবু পামজবা
নুংশিবা নঙগী নুংশিবনি॥

নুংশিবগী মফম লৈ
থম্মোই থম্মোই খূদিংদা
কনাগী নুংশি মীনোক মতমদুগী
য়ৌরক্লি মিৎকুপসিদা কনাগী থম্মোইদা !!

কাযনবা-থুংনবা অপাম-নুংশিগী ৱাঁ
অশেংবা নুংশিবদি নঙগী লৈতে
লৈই অমা থম্মোই অনিগী মরক্তা
পাক্লবা ঈপাক্লি অমত্তা ওইনা উরিবা।।

কনানা কনাগী মফমদা
পুন্সিগী ওইনা নুংশিজবা
খঙখিদ্রবসু খেন্নবা লৈতে
নুংশিবা কৌবা থম্মোইদদি
পন্থুং লৈতে তাউজবদুনি ঈপাক্তদা।।

অচিকপা অহিং কয়া নীংশিংজৈ
কনাগী মতৌ - মীনোকসু মিৎযেংসু
নুংশিবগী মগুনবু ৱাংনা থমদুনা
লুপচৈ নুংশিব'ই কল্পনাদা চোকথবা লৈতনা।।

থম্মোইদা তারি লেঙদনা মমি
নুংশিবগী মীনোক মিৎয়েং খূদিং
অমকপা য়াওদে, অকাউবা লৈতে
অচিকপনা তত্তনা পীরি নীংশিংবা ।।

করি থোক্লে নুংশিবা নঙগা ঐগা
থাদোক্লে খল্লে থাদোক্লে ঙমদে
নীংশিংলরোই খল্লে, নীংশিংদবা ঙমদে
খল্লুরগা থোইনা হেন্না নুংশিরে ।।

নুংশিবদা লুপচবা, ফজবদা ঙাওজবা
মান্নদে অমগা অমগা
ফংগনি খঙঙু নোংমদি নঙসু
তাউগনি শোয়দনা কল্পনাগী ঈপাক্তা ।।

নুংশিববু লান্না লৌগনু নুংশিবা লৈতে
ফজবগী শক্লোন্নি পাম্মূবগী মায়ানি
থম্মোইগী খোল্লাউনি, পূক্নীংগী পান্দম্নি
মায়খোংগী লাঞ্জাউনি, মিৎয়েংগী জগোয়নি ।।

কায়রবা থম্মোই কনাগীনো
পেন্নাইদ্রবা পূক্নীং নঙতগীরা
তয়াং তশোয়রবা পূক্নীং মাগীদরা
থবায় য়াওদবা আত্মাগী ওইদবরা?

খূদোলনি নুংশিবদি ইবুংঙোগী
মায়ানি পাম্মূবসু ইবুংঙোগী
মীনুংশি কৌবনি অথোই-অহেনগী
পাপ চেল্লবা নখোয-ঐখোয়গীদি ।।

অশেংবা নুংশিবদি ঙমখৈ লৈতে
পাক্লবা সমুদ্র ঈপাক্কুম্বনি
হৌবকফম খঙদবা, পচুংফম লৈতবা
শাংলবা মতমগী খোঙচৎনি
অহৌবা খঙদবা, অরোইবা লৈতবা ।।

নীংজবা হায়সিরা খল্লিঙৈ
ইকাইবনা হেক্তা হাল্লিবা
অসুম্না তৌনবনিকো হো নুংশিবা
ঐগীসু নঙগীসু মাগীসু ।।

তাং ১৪।৭।৯৪ ইং

(৫১)

# ইচা-মীচা

ঐগী ইচাদি নিংথৌ ঙাক্তা পোকই !
মীগী মচাদি মীনাই ঙাক্তা পোকই !!

ইচাদি নিংথৌনিনা
পূং মাপলদা হৌগৎলি
মীবু (মমা মপাবু) থৌদায় নিংথৌনিনা
চানীংবতা চায়, শেৎনীংবতা শেৎলি
লাইরিক তম্বগী মথৌ তাদে
শেলগী অৱাৎপা লৈতে ॥

মীগী মচাদি মীনাইনিনা
পূং মরিদা হৌগৎলি
মীবু (মমা মপাবু) খোল্লি নোল্লি - মীনাইনিনা
খরতমক চায়, খরতমক শেৎলি ;
শেলগী অৱাবা লৈবনা
লাইরিক পায় মীনাই ওইবা তোক্লবা ॥

নচা নিংথৌ পোক্লীংবরা ?
নচা মীনাই পোক্লীংবরা ??

তাং ১৩।১১।০৪ ইং

## (৫২)

# ভারত ইমা

হে ইমা ! ভারত ইমা !
চঙজরি ইমা নঙগী খূয়া-থম্বালদা
কচ্চরি থম্বায়-হকচাং অনিমক
তোল্লবা নচা-ননাই ঐখোয়না
ঙসিগী অঙনবা অয়ুক অসিদা ॥

পূকচেল তপ্পী ইমানি
ধর্ম্ম চেনবী ইমানি
লৌশিং লৈবী ইমানি
থৌনা ফবী ইমানি
হে ইমা ! ভারত ইমা !!

পীনবিরো আর্শিবাদ নচা ঐখোয়দা
শিন্নবিরো থৌদাং নচা ঐখোয়দা
পাঙথোক্লগে ইথৌ, তৌরম্লগে শিন্থা
তাকপিরো নচা-ননাই ঐখোয়দা
হে ইমা ! ভারত ইমা !!

ফংহনবিরো সেবা নচা ননাই ঐখোয়বু
নুংতিগী চঙজবা ইমা'ই চরন্দা
হে ইমা ! ভারত ইমা !!

তাং ৭।৭।৯০ ইং

# (৫৩)

# তেংথারুনু

তেংথারুনু কনাগুম্বী কায়নখ্রবীদা
নুংশি-মলোমনি খনখিনি
পূক্লীংগী পোৎলূম খাঙজবনি
খনবিবা লৈরোই, হায়জবা তারোই ॥

লৈচিন থাংদ্রবা অহিং কয়া
কাউঙমদ্রবা কুন্দো লৈনমশিং
তেংথারুনু নীংশিংদুনা কনাগুম্বীদা
লান্না লৌখিনি নুংশিবগী গুনবু ॥

অওনবা লৈচিনগী শক্তমদা য়েংলদুনা
পোত্থাহল্লু নঙগী পোত্থাদ্রবা পূক্লীংবু
থেমজিল্লু থাজবা মাঙখ্রবা থম্মোইবু
লুপহল্লু অদুঙৈগী মোমোন্নখিবা মিৎকুপশিংদা
খন্দোকউ পুন্সি অসি মওন-মওননি ॥

চিক্লবা অহিংগী নুংশিবা দৃশ্যদা
য়েঙ্হোকউ নঙগী নুংশিবা পোৎলূম
নীংশিংঙু অদুঙৈগী নুংশি-থৌদোকপু
শিঙ্গহল্লু পিরাং লেপ্পা লৈতনা ॥

'নুঙাইবা ওইয়ু য়াইফবা ওইয়ু'
শোল্লিবা মুরুম মুরুম কনাগীদমক্তনো ?
খঙবিনবা লৈরোই তাবিনবা লাক্রোই
পাল্লমগদরা করিগুম্বদা থম্মোই অমদদি ॥

তাং ৫।৫।৮৫ ইং

## (৫৪)
# খূৎশিন্নরিবা

ঐনা য়েংলি লেপ্পা লৈতনা
অরি অনৌ খূৎশিন্নরিবা অহিংসিদা ॥

মোমোন মীনোক তপ্লি অমসু অমসু
অরি-অনৌ খূৎশিন্নরিবা অহিংসিদা ;
মীনোক্কী হৌরকফম তিন্নদে অমগা অমগা
থক্লা নীক্লা ইংলবা অহিংনি ॥

নোকমিন্নরি লাংমিন্নরি য়েংমিন্নরি
অরি অনৌ খূৎশিন্নরিবা অহিংসিদা ;
কয়াম কুইনা নোকখিনি খঙ্ঘরুদনা
নোক্লি অমসু-অমসু ঙাওবু ঙাওবরা ॥

থক্ল-নীকনা ইংলবা অহিংনি,
হরাউ-মীনোক্লা থল্লবা অহিংনি ;
পুন্সিনা হংলি খূৎশিন্নরিবা অহিংসিদা
'মীওইবনা ঙাইরিবসি করিনো' ॥

তাং ১।১।৯৭ ইং

# (৫৫)

# পাইরক্লো কুমগী নোং

পাইরক্লো কুমগী নোং
ননীং তম্না বা বা চুররো ॥

ইংহল্লরো ইকংলবা লৈবাকসিগী
ইখৌ-লাংলবা ঐখোয়বু
থকহল্লরো লাইজ-ঈশিং ইখৌথন্না;
মীপায়বা নুংনাংবনা থল্লবা ইপা-ইপুবু
ফংহল্লরো হরাউ-তয়ামগী মীনোক ॥

উহল্লরো পাক্লবা লৌবুক লমহাংদা
লাইজ-ঈশিং ইমায় চোন্না ;
চেলহল্লরো তুরেল, খোং, চীংনুং-লোক্লুংদা
লাইজ-ঈশিং মরাং কায়না ;
শান্নহল্লরো কৌজেং হারৌ ননীং তম্না
খোঙহল্লরো পোম্বি-চেক্লা নখৌ পোংনা ॥

চদুম চদুম, তনিক তনিক
শাৎহল্লরো হৈখা মপাল, হৈনৌ মপাল ;
নোকমি নোকমি, তূমিন তূমিন
য়াওল্লরো থরো থম্বাল থারিকথা ॥

লৌমীশিংগী
ওইনা য়েপ্পা শাজৈ
য়েৎনা পায়বা লাঙ্গোল
কোক্তবু উপলিবা য়েমপাক
তাহল্লরো অর-তিতি খোঞ্জেল
কূপহল্লরো অশংবা ফৌনানা
লৌবুক লমহাংদা লেং-লেং চৎলদুনা ॥

তাং ১২।৬।৮৫ ইং

# (৫৬)

# লাক্লরোই নুমিত্তু

লাক্লরোই নুমিত্তু অমুক হন্না !
মেরাগী মকালাম্না খোকচবী
ইংলবী পুর্নিমা থাজবু
কয়াদা খোয়দানা য়েংখিবা
থাবলনা ঐগী পূক্নীং হুখিদো ।।

মীনোক চঙলবীনি নৈশাৎ শুদ্রবীনি
পাখী-কোমথীদা তৃমিন হৌজবীনি
খঙখিদবা নত্তে ;
লৈরাংবা অমদি কৌজখি
খূৎলাম তোযনা তোযনা
কৎপিনবা মপু'ই খূযাখাদা ।।

লাকপিখিদে লৈরাংবসু থওইবিদবরা ?
পুন্সিদা পুন্সিনা পুন্সিবু মিরাইবিরবরা ?
পচুংফমগী ৱাংমদা শারুরমানে
আশাগী আশ্রম ।।

লাক্লগনু মেরা-থা, মেরা-পুর্নিমা
লক্করগনু তোইনা তোইনা
উহল্লগনু নশেক নঙাল
লোৎখরো লৈচিল্লক্তা হে মেরা'ই থা ।।

তাং ১৪।৬।৮৫ ইং

(৫৭)

# ওইহৌই ঐতনা

ওইহৌই ঐতনা
পৃথিবিগী পাঙদ্রবা মচা ॥

অমুবনা অরংবা ওইখি
অরানবনা অকনবা শকখি
থাজবনা অচুম্বা লোংখি
মাঙলমচত্তা করি অশোয়বা য়াওখিবনো
ওইহৌই ঐতনা
পৃথিবিগী পাঙদ্রবা মচা ॥

নীংশিংবনা কপহল্লি ঐবু
তাইওন্নরে তাইবংসে ঐঙোম্দনি
পামজ-পামজ পাম্মূ-পাম্মূ
লোয়না থাদোক্লম্লবনি ঐ ॥

মল্লি-মল্লি মুশি-মুশিরবা
নরক্কী চৎনদ্রবা লম্বীদুদা
চৎলিবনি ঐনা চৎনীংদ-চৎনীংদ ;
থেংনরুবনি মাবু
অমুবা শম্লাং মপৈতা ঙাইরবী ॥

চঙশিল্লুবনি মাগী নাক্তা তপ্না-তপ্না
লেপ্পমই যমরাজনা মরক থৎনা
ওইহৌই ঐনা যমরাজগী বন্দী ॥

তাং ১৫।৪।৮৫ ইং

(৫৮)

# অথোইবা ঈশ্বর

নঙসে অথোইবা ঈশ্বরনি
ঐগী মিৎনা উবা অথোইবা ঈশ্বরনি ॥

লোৎশিনবিখি নঙনা ঐগী ইরাল
হায়জরুবা তৌদনা, নোনজরুবা তৌদনা
কনাবু খঙহন্দনা, কনাদসু হায়দোক্তনা ;
ফংলরোই অসুক পূকচেল চাউবী নঙগুমবী অমা
মপোক খূদিং তোপ তৌর'সু ॥

নঙোন্দা লংজরুবা ঐগী ইরাল
হাযজরুবা তৌদনা, নোনজরুবা তৌদনা
ঙাকপিখি নঙনা, কনবিখি ঐবু
খঙহনখিদে কনাসু - ঐগী লাইবক ফবনি
ইকাইজরি ঙসিসু খঙজরব্রুগা ইথন্তা ॥

অপাম-লাংদা কথোকলবী অমা ওইখি নঙনা
ঐগীনা মতমদো তায়োন্নরবা ব্রাখলনি
অমুবা থোইগুম অমুবা থম্মোইনি ॥

অব্রা-নুঙাই য়ান্ন-লোইনা চৎলিবা
নঙগী পুন্সিবু কল্লকচরুই ঐনা
অফ-ফত্ত অমত্তা নীংশিংদনা
মিতাজরুবনি নঙবু মতমদুদগী হৌনা
ওইরম্বনি নহাকসে অথোইবা ঈশ্বর !!

তাং ২২।৬।৮৫ ইং

# (৫৯)

# ফজৈদকো ফজৈ

ফজৈদকো ফজৈ হো নুরা ইবেম্মা
চীংঙু থাংজিংনা কোনবা লম
থোইবী পোকপী লমলেনগী
হো নুরা ইবেম্মা !
ফজৈদকো ফজৈ !!

হিনাউ নৌরেন লোয়নরক্লবী
লুতুং শমজি শাংলক্লবী
খ্বাংচেৎ থোংনা চৎলিবী
লোক্তাক পাত্তা ইনজিংবী
হো নুরা ইবেম্মা !
ফজৈদকো ফজৈ !!

হিনাউথক্তা চেংহী শঙ্বাল লাংলিবী
হৈক্রুক মরিনা খূৎশালক্তা যেৎলিবী
চুরিবা নোংগা পাঙ্খক ওইরিবী
পাখং পূক্লীং হুনা কেজরিবী
হো নুরা ইবেম্মা !
ফজৈদকো ফজৈ !!

তাং ১৩।৬।৮৫ ইং

# (৬০)
# থেংচনীংই নাপদা

থেংচনীংই নাপদা
লৈ অমা ॥

ৱাখলগী লৈকোন্দা শাংচবী লৈরাংনি
পূক্নীংগী চারনি, নুংশিব'ই মচুনি ;
ঐগী মিংয়েং ওইরিবী লৈনুংশি
মোমোন মীনোক্তনা পকচবী
নঙবুনে নঙবু
থেংচনীংই নাপদা
লৈ অমা ॥

শমজি লৈরাং ওইবদা পকচনি
লৈরাং লৈনম্না পূক্নীং হুনি ;
লৈসিবু ফংনবা
থম্মোই অসি শিন্নজর মালিদা
পামজনা হেকচরকপনি ॥

থেংচরিবা লৈসিদা শিন্নজখ্রবনি
ঐগী থৱায় হকচাং অনিমক
থওইবিদদুনা মাঙহনবিবা তৌবিনু
চেকশিন্না থমবিয়ু, ঐমক্নি খনবিয়ু ॥

তাং ১৪।৬।৮৫ ইং

(৬১)

# পি নঙ শিঙ্গরকউ

পি নঙ শিঙ্গরকউ
লেপ্পা য়াদে খঙঙু ;
চয়েংনরবা পুন্সিনা
চয়েংনদনা হিংদ্রি'মখৈ ॥

তোবর্বান ৱাংম-ৱাংমনি
লেপলি মখোয় ময়াম ;
ইতৌ য়েংবসু য়াওরি
লাক্লীংবসু কোঙ্গাইনি ।

মখোয়গী ৱানা কপহল্লে ঐবু
লাঞ্জদনা হিংজগে খনজবা পুন্সিনি;
লোয়নরুবনা নঙবু লালহনবিরে ঐবু
চয়েংনরবা পুন্সি থৌদাং পুদুনা ॥

পাউ অমা তম্বিররি
'সিমা তৌ খঙহল্লরি
ৱাখলসু মান্নদরে অমগা অমগা
কপচবনা ফরে পি'সিনা লৈরি'মখৈ ॥

তাং ৭।৮।৮৫ ইং

# (৬২)
# ক'ইদনো

ক'ইদনো ঐনা হিংদোইবা
ক'ইদনো ঐনা চত্তোইবা ;
মায়কৈ খূদিং শুক্ল মন্ত্রে ;
অপাইবা থবায় মখৈনা
য়েৎসু ওইসু কোয়শিন্নরে ॥

পুম্সি হিদেনদা লম্মুক্লরে
কাইদোংফম খণ্ডদরে
মায়কৈ মাঙখরে
পম্বুংফম্না কদোমদা লৈখরে ॥

অমংবা নোং লৈচিন ওনখরে
নোংলিক অমত্তা খিকখিদরে
মলয়া নুংশিৎ মৈগুম শারে
লাইজ- ঈশিং হূগুম খারে ॥

অতিয়াথক্কী হে ধ্রুবতারা !
তাকপিরো লম্মুক্লরবা ঐগী লম্বী
অশিবগুম হিংনীংদনা হিংলবা
লমলান'চা ঐগী লম্বী ॥

তাং ৭।৮।৮৫ ইং

# (৬৩)

## করিনো

ঐনা নঙবু
খঙনীংবগী অপাম্বা লৈরমদ্রবদি ;
নঙনা ঐবু
পুক্নীংগী চিংনবা লৈরমদ্রবদ্দি
বদ্দি ----- বদি ---- বদি
নঙ ঐগী মরক্তা লৈরিবা
ঈচেল অদু লেপ্পমগদবনি ॥

থোংলবী লৈনানা
নঙগী শক্তম ওইরসি ;
পাম্লিবা তিংখংনা
ঐগী শক্তম লৌরসি
করিনো, করিনো, করিনো
নঙনা চিংনরিবা, ঐনা খঙনীংলিবা ॥

অওইকদ্দু ওইদ্রবোই নীংনবনি
অচুম্বদু চুমদ্রবোই খন্নবনি
মায়সিবু ওহোক্লরিরা, ওনশিন্নরিরা
করিনো, করিনো, করিনো ??

তাং ২১।৮।৮৫ ইং

# (৬৪)

# মরূপ অমদা

হে মরূপ !
হো মরূপ !
হাই মরূপ !
নঙগী মায়খোং উৎলরো
নঙগী খোঞ্জেল তাহল্লরো ॥

অহোংবা নাইবা পূক্নীংনি
পূক্নীংনা শেম্বা আগ্রমদি
নীংশিংলি'মখে লেঙদে হোংদে
কনাসু খঙলোইনে নঙ-ঐ নত্তনা ॥

পুন্সি ঈথে অমদা তাউরিঙৈ
নঙগী পাউবু তাহৌদে ;
নঙদি চৎলম্লেনে তাক্লমদনা
তাকফমসু খোক্তে লোনচৎনি মীওইবগী ॥

চিরবা পুন্সিগী মিৎকুপতা
পুন্সি লম্বী অমা শেমলিঙৈ
নঙগী শ্রাদ্ধাঞ্জলি মীমাঙ খোক্লা
তৌঙমখিদে, ঋারৌ'নুকো ;
পূক্নীংনা পূক্নীংদা কৎলবনিকো
নঙগী অরোইবা শ্রাদ্ধাঞ্জলি !!

তাং ২৭।৮।৮৮ ইং

## (৬৫)
# মেরা পুর্ণিমা

মেরাগী পুর্ণিমা, পুর্ণিমাগী মেরা ॥

মেরা থানা লেঙদনা লৈরি
শাবি শনৌ অনিগী ;
মেরাগী পুর্ণিমা নুমিত্তা
হায়নখি পুন্সি-লৈপুন ॥

ফজবগী শক্তম কয়া
অপাম্বগী ঈহৌ কয়া
নিংথিবগী শক্লোন কয়া
ঙম্না তিল্লরে মেরা-থাসিদা ॥

পুর্ণিমা ঈথক হৌরবা থাবলদুদা
ঙাইনগনি অমনা অমবু
পুর্ণিমা থাজনা শাক্কি ওইদুনা
শেমগনি পুন্সি লৈপুন ॥

যানবা নুংশিনবা পুন্না লাকখি
মেরা পুর্ণিমা'ই নুমিত্তা
মালেম ইমানা হরাউজবগুম
উখি শাবি শনৌবু য়েংলগা ॥

তাং ৮।১১।৮৬ ইং

(৬৬)

# লৈরাং অমদা

লৈবাং নঙবু করম্না শাৎলিবগে
হৈনা শিংনা শাৎলুকো লৈনুংশি ॥

লমদম তাম্না লৈহৌরবী
মিংযং ৱাংমা লালহৌরবী
ঐগী থায়ন'ই লৈনুংশি
ঐগী থম্মোই লৈরাংও !

লৈখোংঙসু শেম্বিদ্রে, ঈশিংঙসু চাইবিদ্রে
খোইমুসু তাঙোকপিদ্রে, নামিবসু কৌবিদ্রে
ঐগী থায়ন'ই লৈনুংশি
ঐগী থম্মোই লৈবাংও !

পুন্সি-পামেল ওইঙমদবে
পুন্সি থৌদাংনা লূমখবে
থৱায়না ইবেবাক্কী লেপচব
পুন্সিসে লেল্লেদো ঙমখৈসিদা ॥

তাং ১২।১১।৮৬ ইং

## (৬৭)

# লেপহল্লরো-কল্লরো

লেপহল্লরো মিরবা বিনাগী খোঞ্জেল
কল্লরো তেংথারিবী মাগী তপস্যা ॥

চিক্লবা উপবন মনুংদা
কামদেবনা ইকাইরবা শকফমদা
শক্লরি বিনাগী সুরনা
'লাউ লাউ নঙবু লাউ
ঐগী মৈশা লাঙলবী পূক্লীংবু ইংহল্লরু লাউ' ॥

মানা পামই -
'মরাচেংনা লেঙদ্রবা থম্মোইদগী
মুৎলরোইদবা নুংশিবা';
মানা নুংশি -
'চিক্ল-ইংনা কনা খঙহন্দ
লকানুংদা থমজবা নুংশি-মাবু';
মানা তপস্যা তৌই
'পাম্মূ মাবু থাদোক্কুনা
বিশ্বপ্রেমবু ফংনবা' ॥

লাউ অখাঙকনবা বালমিকি
লাউ পীনহৈবা দাতা কর্ন
লাউ নুংশিচেনবা মহাত্মা
'লেপহল্লরো মিরবা বিনাগী খোঞ্জেল
কল্লরো তেংথারিবী মাগী তপস্যা' ॥

তাং ২৬।১১।৮৫ ইং

# (৬৮)

# ৱাকৎ

*চৎথ্রবী আত্মাবু*
পোৎথাফম খঙদ্রবা আত্মানা
তত্তনা থিরি, তত্তনা হংলি
শকফমসু খঙদে, পাউখুমসু লাক্তে ;
লৈনমদি লাক্লি, হো লৈমনচন্দলৈ !!

অশংবা হৈপাল-লৈপালনা থল্লবা
লোইরোই লোইরোই চৎখিবা
চীংগী নাপোম নহাকসে
পোৎথাফম ওইখিবনি অমনা অমগী ।।

চৎনদ্রবা লম্বীনা কোয়শিল্লবা
নীংশিংবগী মমিনা থল্লবা
নীংখায়রবা ফুরা-দলাল অসিদা
নুংশি-ৱারী শেমখিবনি অমনা অমগী ।।

ৱাউথাংনরবা অতিয়া মকোয়দা থোক্লিবা
থাওন থাবান খূদিং লাক্লিবা
হে ইংলবী পুর্নিমাগী থাজ নহাকসে
পূক্নীংগী ৱাকৎফমনি অমনা অমগী ।।

হো থম্মোই অমগী লৈমনচন্দলৈ !
নঙগী লৈনম্না লৈশক্লা
পোৎথাফমদি পীবিয়ু
পোৎথাফম খঙদ্রবা
আত্মা অমতং ওইরবসু ।।

তাং ১২।৯।৮৬ ইং

(৬৯)

# মৈরি-উরি-উপাল

মৈরি-উরি-উপাল !
ঐনা মৈরিনি !
নঙনা উরিনি !
মানা উপালনি !!

উরিনা য়েৎচনীংখি উপালদুদা
উপালনা মরূপ ওইখি মৈরিগা
মৈরিনা পামখি ঙাকচবা উরিবু ॥

পুন্সিগী তাংকক অমদা
মৈরিনা হায়খি উপালদা
উরিবু ঙাকচনবা
খঙই উপালসু উরিগী আশা ॥

লেঙদ্রবা ৱাশকনি উপালগীদি
কনাবুসু খঙহন্দ
উরিবু য়েৎহঞ্জবা, মৈরিবু মৈচাকচবা ॥

মৈরিসু চিংনখি উরিগী অরোনবা
উরিনা হায়দোকখিদে কনাদসু
উপাল লেপ্পা কংখি
মৈরিগী মৈশাদা
মৈরি উরিনা কপচখি উপালগীদমক !!

তাং ১৮।৫।৮৫ ইং

## (৭০)

# মীওইবা

মীওইবা কৌবা মীওইপোক্কী
নুংনাংবনা থল্লবা পুন্সিদা
থৌরাংবনা তুং ইল্লরি অমুক্সু ॥

মীনা মীদা তৌবা কলঙ্ক
লোইবা কৌবা লৈররোই
তাইবংপাননা তাইবংলি'থে ॥

অশাউবা নঙতনা ককথৎলি
তুংগী লম্বী মীওইবগী
হে অশাউবা ! হে মীওইবা !
তৎন-থানবা য়াদ্রবরা ?
কবিগী শাউরিনো ? পেন্দবনি ;
কবিগী পেন্দবনো ? থম্মোইদা হংউ ;
মীওইবা অশিবদি নত্তেনা ॥

অমনা অমবু চিংনরি
অমনা অমগী মরাল-শিরি
অমনা অমদা কলঙ্ক তৌরি !
হে মীওইবা ! হে মীওইবা !
মীওইবা অশিবদি নত্তেনা ॥

তাং ৬।৭।৮৫ ইং

## (৭১)

# মমি অমা

মমি অমা !
তারি নীংশিংবগী
খুইরবী মায়খোংদা ;
মায়খোংনা মকালাম্লিঁঙে
ফজববু শোন্নখি, নিংখিববু লাৎনখি ।।

মতমদু হৌখ্রবনি
হৌখ্রবদু নীংশিংলিবনি ;
নীংশিংবদু লৈরমদ্র'দি
তারম্রোই খুইরবী মায়খোংদা
নীংশিংবগী মমি ।।

মিৎলু'ই পিদুম খরনা
নীংশিংববু ইরাৎচর য়েংজরি
মায়োক্লনা লেপ্লিবী নঙবু
থাবললক্কী থাবলদা ।।

লৈরাংনা লৈখোঙ য়েংলক্লে
পুন্সিনা মোংফম থিরক্লে
খঙখিদবা নত্তে
খঙনা খঙনা লামশিঞ্জরুবনি
হৌখ্রবা পুন্সিবু অমুক্তং ।।

তাং ১৩।১২।৮৮ ইং

## (৭২)

# সেরফালা

নিল খোংদুনতা লৈরিবা মালেমসিদা
য়ানশিন্নরি খোঞ্জেলশিং
মীকপ-মীশা অমসুং হরাউ-মীনোক ।।

ৱাখলগী পর্দ্দা হাইদোক্তুনা
অমুক্তুং য়েংলবদি উবা ফংগনি
মরম - নিল্লিবগী মরম !
ওইরমদ্রে অতৈ করিসু
শুপ্নগী সেরফালা অমগী ওহাং-ওনশিনগী
ওইরমলে পুমনিন নিনবা খোঞ্জেল ।।

সেরফলানি মোডন এজগী
ওনবা য়াই মখল কয়াগী
পোৎ-চৈ, চাউখত্তবা - চাউখৎলক্লিবা
লন-থুম, শেন-থুম পায়বা পায়দবা
রাজনিতিগী ফিভম - ৱাংবা ৱাংদবা ।।

কনানা ওল্লি সেরফালাসিদা
ধর্ম্মনিতিগী ফিভম - ৱাখল্লোন অমসুং পাউতাক ;
মহৈগী শক্তি - কয়াম হৈবা হৈতবা
কৌনরি নিপাদো, নুপীদো
লূপ্লবদি হেন্না সেরফালাসিদা
'অথোইবা, অহেনবা, অহৈবা
অকনবা, অথৌবা, অচংবা ' ;
কৌনরি শেনজা-থুমজা তৌবা সরকার !
অরানবা সেরফালাবু
মীচং-মীথায় নাইবা সেরফালাবু
খূওন চুমদবা সেরফালাবু ।।

সেরফালাগী মপুদু
নিপাবু ওইরে, নুপীবু ওইরে
কৌনরি 'সরকার পায়বা'
সেরফালাসিনা মওন চুম্না ওন্দ্রবা
কৌনরি 'শেঙ্গা-থুমজানা থল্লবা সরকার'
ঙসিগী খুন্নাইনা ॥

'ত্রুথ এণ্ড সেনসিটিভ' ওইবা সেরফালা
শাবা ঙমদবা মপুদো সেরফালাগী
কৌনরি 'সরকার পায়বা হৈতবা'
খরনা কৌরি -
পোলিসি প্রোগ্রাম থমদবা সরকার
ঙসিগী মালেমগী মফম-মফমদা ॥

মপু অমা শিল্লে
মপু অমা লাক্কে
পুথোক্কে অনৌবা নমুনা
মখল-মখলগী নমুনা
শুপ্নগী সেরফালাসিবু শাবদা ;
পামদে হায়না য়েৎলি খরনা
সেরফালাগী খূওনসিবু
কৌনরি য়েৎলিবা কাঙবুবু
'ওপোজিসন পার্টি' হায়না
ঙসিগী রাজনিতিগী লৈমায়দা ॥

ওহোকপনি ওহোক্লসু ৱারেদা !
ফংদ্রে সেরফালগী মপু - মীয়াম্মা পাম্বা
লৈবাক ইরাং হৌরনি
লৈবাক মথক মখা ওল্লনি ॥

কুইদে লাক্লে অনৌবা ৱাখল্লোন লাক্লে
শেম্রে সরকার'ই মপু
কাঙবু অহুম মরি পুন্দুনা
কৌনরি 'রাজনিতি দল' কাঙবু অমমমবু
অদুগা অমুকসু
কৌনরি 'ক্কালিসন সরকার'
অনৌবা খূৎশেম অদুবু ॥

খায়দোক্লে থবক-শিনফম মাগী-মগী
খরনা মহৈ-মশিংগী মরমদা
খরনা উমং-ৱামংগী মরমদা
খরনা অদুগী মরমদা
খবনা অদাগী মরমদা ॥

কৌনরি মন্ত্রী
শিনফম খূদিং মকোকপু ;
কৌনরি মুখ্য মন্ত্রী
পুমশুপ শুপপা মকোকপু ;
কৌনরি 'অপোজিসন পার্টি'
মখোযদুদা ফালা-খূওন য়েংলিবা ॥

ঙম্নদ্রে মশক খন্দোকপা
অখোইবনা কনা ?
অহেনবনা কনা ?
মকোক-মখঙ, মখঙ-মমৈ
সেরফালাসিদা - পুখোক্লরক্লিবা সেরফালাসিদা
অদুনা লৈবাক'চাশা !
শারসি ত্রুথ এগু সেনসিটিব ওইবা সেরফালা
মীয়াম্না পেঞ্জরদবা, য়েৎলরোইদবা সেরফালা
শেম্নসি অনৌবা অইংবা মরাচেৎপা
লৈঙাকলোন অমা ॥

তাং ১৪।৭।৭২ ইং

(১৭)

# হুরানবনা ময়ায়দা চৎলে

হুরানবনা ময়ায়দা চৎলে
কনানসু হন্থনা য়েংবিদে
ফজৈ ফজৈ হায়নরি ;
সনা হুবনি, লৈমা হুবনি
মগুন লৈ থাগৎনরি ।।

মশক ফজরে হুরুবদগী
মৈতানগুম কোক্তনা মুবদো
মচু অমগী মনিমুক্তা ওনখরে
হুরানবনা ময়ায়দা চৎলে ।।

তাং ২৮।৭।৯৯ ইং

# (৭৪)

# শান্তিগী পাউজেল

শান্তিগী পাউজেল পুরক্লি
শান্তিগী পাউজেল পীরি
মাঙদা উরিবা মুর্ত্তিসিনা
অহিংবা মুর্ত্তিনি অমর ওইরবা !!

বাপুজিনি, জাতিগী মপানি
শান্তিগী তুংনফমনি, শান্তিগী হৌরকফমনি
ভারত জাতিগী ফিদম্নি,
মালেম্না কোক নোল্লি মুর্ত্তিসিদা ॥

শান্তিদবু পামজৈ, শান্তিদবু নুংশিজৈ
শান্তিগীদমক থবায় থাজখি
শান্তি কৌই মাগী থম্মোইদি
শান্তি হায়খি মিৎকুপ খূদিংদা
শান্তি থিসি হাযখি মীপুম খূদিংদা ॥

শান্তি ! শান্তি ! শান্তি !
শান্তিনা লেপলি মালেমদা
কনাবু কিদে - লালবুসু, অহিংশাবুসু
মীহাৎ-মীপুন-মীনৈ
অমতবু কিদে, অমতবু কিদে ॥

তাং ১৬।১০।০৪ ইং

## (৭৫)

# তৎখ্রবা পুন্সি লৈপুন

তৎলবা বিনাগী সুরনি
মিরবা খোঞ্জল খোক্লরোই
তৎখ্রবা পুন্সি লৈপুন্নি
নৌহৌনা শমজিনবা য়াররোই ॥

পুর্ণিমা'ই থাবল তত্তনা লাক্লিবা
অদুম মমহৌরনি থাশিগী অহিংসিমদি
কুমওন কয়ানা বসন্ত কয়ানা
হাপ্লরোই মঙাল ঐগী পুন্সিদা ॥

মুৎলবা থাউমৈনি, মন্নবা পুন্সিনি
লম্বী মাঙলে খোঙথাং লেপলে
পম্বুংফম লৈতে, পল্লেপফম খঙদে
তৎখ্রবা পুন্সি লৈপুন্নি ॥

তৎলবা অঙৌবা কুন্দো পরেংনি !
ৱাখল নঙনা শেমখিবা পামজবা পরেংনি !
থদৎপিখ্রবা পাপ-চেল্লবা ইখূৎসিনা
অমুক হন্না লেংলরোই পরেং ওইনা !!

তাং ২১।৮।৯৬ ইং

# (৭৬)

# ঐগী চান্নবী

ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ
মশকসু চান্নবী, মমিংসু চান্নবী
য়াবা খোঞ্জেলদি তাখিদরে ॥

করিগীনো মানা
করিগীনো নঙনা
করিগীনো ঐসু
ঐগী চান্নবীবু হংলিবা
ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ ॥

নোকমি নোকমিনা ঐবু য়েংলি
অশংবা ফিজোলনা ঐবু পুল্লি
থাদোকপিনু হায়রি, থম্মোইদা থম্লি
ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ ॥

য়াবা খোঞ্জেলদি তাখিদরে
সুরনা থল্লবা মিরবা খোঞ্জেল
য়ৌরকখিদরে - মালংবনসু পুরক্তে
য়াবা খোঞ্জেলদি তাখিদরে ॥

মরক মরক্তা নাশোন পিক্লা
লাক্লিবা খোঞ্জেল ঐগী চান্নবীনি
ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ
মশকসু চান্নবী, মমিংসু চান্নবী
য়াবা খোঞ্জেলদি তাখিদরে ॥

তাং ১৯।৯।০৪ ইং

(৭৭)

# করম্বা নুংশিবনো

নুংশিদা নুংশি ফোঙখিদবা
নুংশিদা নুংশিনা য়েংঙমদবা
করম্বা নুংশিবনো মীনম্বা নত্তরা ॥

মরক মরক্তা মিৎয়েং লান্না চৎখিবা
য়েংনীংনা য়েংহৌদে, য়েংদ-শাশিন্নবা নত্তনা
শাইনোন-শউমদি মহৌশাগী মহৌশানি
অমুকসু হল্লকই, অমুকসু য়েংহৌদে ॥

মাগী ৱাবদা ঐনা ৱাজৈ
পীনীংবা মতেং করম্না পাঙঙুনি
মাগী নুঙাইবদা ঐসু য়াওজৈ
উৎনীংবা মতৌ করম্না উৎলুনি ॥

ফজরম্মি হায়রি মায়থোংনা মিৎস্নানা
মিৎস্নাদা তারি থৌদোক অমগী মমি
পুন্সিবু করিনো হংলিগুম
করিগী থমখিবা মিৎচি মিৎয়েং
মতমদুগী লমলানবা ওইখিবা ঐঙোন্দা ॥

তাং ১১।৮।০৪ ইং

# (৭৮)

# নুংশিবগী শুন

পাম্মূ-কাদা য়ৌরবী, লুখ্রাশিংদা চল্লবী
নুংশি- করম্না হায়নি
নুংশিবদি নুংশিদা, পাম্মূবদি পাম্মূইদা ॥

নুংশিবা নঙদি পিকইনে
ফোঙদোকপসু য়াদে, য়েংলুবসু য়াদে
ইদোম মৈচাক খাঙগেনে
পিক্লবা ঈচেলসে পুদুনা পম্বুংফমগী ৱাংমদা ॥

নুংশিবা নঙদি চাউইদা
করিগী নুংশিবিরুবা, করিগী লাম্লুরিবা
ঙম্মিদা নঙসে পুবিরে ঐবু
পুনীংবা মাযকৈদা নুংশিবনা লৈরিবা
নুংশিবগী তুংনফম, নুংশিবা সাগরদা ॥

হায়রোয়দবা ৱানি পল্লুবদা চীন কেন্নি
নুংশিবা নঙনা ওইহল্লে
য়েক্লবা - চৎনবী অসিগী য়েক্লবা ॥

তাং ১৪।৪।০৪ ইং

## (৭৯)

# মরূপ

হো মরূপ !
নুংশিবদ'ই নুংশিবা হো মরূপ
মরূপত'ই হেনবা লৈতে তাইবংদা
হেল্লিনে নঙনা
নীংজবা পীনঙম্বা ঈশ্বরদৈসু
হো মরূপ !!

নঙনা ৱারে, ঐনা ৱাখি
নঙনা নোক্লে ঐনা নোকখি
নঙগী ৱাদি ঈশ্বরগী ৱানি
ঐনা ঐগীগুম তৌগুমনি ;
হে ঈশ্বর ! নহাক্লা খঙগনি ॥

কাউথোক্লসি ৱারৌনখিবা কয়া
নীংশিংনসি নুংশিনখিবা কয়া
নুংশিবদ'ই নুংশিবা হো মরূপ ॥

মীওইবগী মপোক্তি নীংবা থুংখিদে
পেনবিহৈবা মাসু মী ওইনা পোক্লবদা
কনানা কনাদসু লান্দবা ঙমদে
পুন্যগী ঈচেলদা পাপসু য়াওইদা ;
হো মরূপ !
খঙমিন্নসিকো অসিমখৈদি ॥

তাং ৩।৭।০৩ ইং

---

(৮০)

# লুচিংবা অমদা

পুন্সিগী লাম্মীনি ঐখোয়
খূৎলায় থিরিবা লাম্মীনি ঐখোয়
হিংননবা পুন্সিগী লানফমসিদা ॥

হুমাং মরিক মরিক
অমোৎ অকায়, নমথী মরক
খেন্নবা লৈতে, মোল্লবা মোমপাক্লি
পোত্থাফমনি পোত্থাফম ঐখোয়গী ॥

মান্নদে - মান্নফম লৈতে
নহাক্কা ঐখোয়গা মান্নদে
শেম্বীবা মপুগুম
শক্তিবু লৈরবা নহাক্লি ॥

অচুম-অরান মীনুংশি খঙনা
থৌদাবিযু ঐখোয়বু
পায়হল্লু খূৎলায়
লানঙম ফিরাল থেৎলুগে ॥

মহুমবু চাউনবা মকোনবু লিংনবা
থৌরাং কয়া নহাক্কীদি ননীংনি
ঐখোয়গীদি খূৎলায় য়াওদ্রবা লাম্মীনি ॥

তাং ৩০।৩।০৪ ইং

## (৮১)

# নিঙোল অমদা

লাইবক থীবীনি হায়রমগে
নিঙোল মপোক কুমজা লাংওনসিমদি ॥

পঙ্গৌ শঙ্গাইনুং -
নিঙোল মপোক পল্লোমগে য়াদে
অপোকপী পলেমগী ইপাম লমদম
হন্না য়েংফদে, হন্না য়েংফদে ॥

যৌবন পুন্সি চায়থরক্কবা মতম
নুংশিনা বিদায় পীরম্লবী নুজাও !
পায়ম-পূক্লীং লাংলনি
থম্মোই খূদুম চল্লুকো ॥

লিশাং থারবা পুন্সিনি
নোক্লা চাউবা খুন্নাইনি
মিৎলু পিরাং লেপ্লরোই
নুজা মায়থোং লুক্লনি
মীনোক-মীশা চাউরনি ॥

কদোমদনো থোঙথাং, কদোমদনো পচুং
থিরুরনু, খল্লুরনু, নীংশিংলুরনু ;
থোকঙমলরোই পূক্লীং লৌশিং
বসন্তগী ফজবদা-নিংথিবদা ঙাওজরম্বী
হো লাইবকথীবী নিঙোলও !
লাইবক থীবীনি হায়রমগে
নিঙোল মপোক কুমজা লাংওনসিমদি ॥

তাং ১৮।৬।০৩ ইং

(৮২)

# খাঙমিন্ননি মৈচাক

থম্মোই পান্দে হায়রসিরা
মিৎয়েং খঙদে খল্লসিরা
শামিন খঙদে পল্লশিরা
তৌশিন্নবদি ওইরমনুকো ॥

নুংশিবসু পীবিবা ইকাইবসু তম্বিবা
করিগী খঙবিদে, করিগী উবিদে
নুজা ওইবীগী ৱাকৎ
লিশাংথানা লাক্লবা যৌবন পুন্সিদা ॥

ননাক্তা অমুক্তি লাক্লম্বনি
করিনো খরদি হায়রগে খল্লদুনা
ইকাইখীবীনি কাউথোক্লদুনা
হায়জবদি ঙমজদা নমাঙদা লেপখিবনি ॥

লমলানবীগুম উবিরবা ইকাইখীবী মপোকপু
খঙনা-খঙনা, উনা-উনা
য়ারোইকো-য়ারোই ৱারৌজনি পুন্সিসিমগী
নতুং ইন্নজবা ঙমদ্রবসু ॥

নুংশিনা নুংশি শাদবা
তৌশিন্ন-উশিন্নদ ওইরবা
য়াইরোইকো য়ারোই -'খাঙমিন্ননিসি মৈচাকসে'
মৈৱায়রকলিবা থম্মোই মন্দিরদা ॥

তাং ১৭।৭।০২ ইং

(৮৩)

# মসিমতংদি তম্বীয়ু

অহিং তাংলৌ অথেঙবা
মীচিক মীরাউখোল তাদবা
পোত্থাদ্রবা মিৎন্নানা ঙাইরি
পুন্সিবু ঈনোৎ পীরম্বা নঙবু ।।

নোকমি-নোকমিবা মতৌদা উন খূদিং
নঙগা ঐগা চীংয়াগী লম্বীদা
তত্তনা হায়খিবদাই অমুক্তি লাক্লি
ঙাইবদি ঙাইরি, ঙাইখিনি পুন্সিসিমগী ।।

পুন্সিগী অহানবা ওইনা
চান্নবা হায়গে, পাম্মূবা কৌগে ;
লাকপদি লাক্কে, লাক্কবোইদি নীংঙি
করিগী লাকপিদে, হে পাম্মূবা ।।

খঙনরকঙৈ হায়হৌদবা 'অনীংবা'
হৌজিকসু লৈরিবা থম্মোইদা ফুমদুনা
'মসিমতংদি তম্বীয়ু' নখোয়না
হো মালংও! লম্বীও! ঈচেলও!
উনবা থোক্লবা মাবু ।।

তাং ১৬।৬।০২ ইং

(৮৪)

# সনাহল ইবেম্মা

সনাহল ইবেম্মা
খুইথরক্লবী লৈনাগুম
শাওং শাদা কায়রক্লবী
খোঞ্জেলগী অহোংবা লাক্লবী
খোঞ্জবা কোলোয় মিংলেনদি কৌরমগে
হো সনাহল ইবেম্মা !!

চৈসু খূত্তা লোয়নরবী
মায়খোং মঙম শান্দ্রবী
নীংশিংবা কৌবদি লৈরিনি
অদুঙৈ যৌবনগী নুংশিবা মিৎকুপশিং ।।

পাম্মূজৈ পুন্সি চেংজেল লোইখিনি
মিতাজৈ হৌখ্রবা ৱারী লিশাং
নঙগী ঐগী মতমগী
লৈবাক ৱাথোক ওইখিবা
হো সনাহল ইবেম্মা !!

তাং ৬।৩।০২ ইং

(৮৫)
# অহন ইবুংঙো নুংশিবা

অহন ইবুংঙো নুংশিবা
থরায় ইবুংঙো পাম্মূবা
নুংশিবা পাম্মূবা পুন্না
চৎখিনি নোংমদি নত্তরা ??

নীংশিংবতনি থল্লমগদবা
নুংশিবতনা থৌনা লিংজেনগী
পাউতাকসিগা লোয়ননা
নীংতম্ববু মশক তাক্লদুনা ।।

খুইরবা মাযথোংদা তারি
অদুঙৈগী লিংজেন, অদুঙৈগী থৌনা
পি মরিক মরিক্তা যাওরি নীংতম্নীংবগী
ঐখোয়বু নীংতম্লিবরা ??

ঐখোয় মিৎকপ থোকসি
ঐখোয় খূৎলায় পায়সি
ঐখোয় খোল্লাউ লাউসি
নমথনবা ঐখোযবু তেমশিংলিবা পুম্বা ।।

তাং ১১।৪।৯৯ ইং

(৮৬)

# পুন্সিগী মহাউ

পুন্সিগী মহাউ !
মখল মখেল শুরবা পুন্সিগী মহাউ
হৌজিক্তা য়ৌরক্লি ঐঙোম্দা ॥

নঙনদি ঐবু অপঙবনি লৌরি
ঐনদি নঙবু চাংয়েংলি ;
অনিদুগী খেন্নবা
ঐনা খঙবা - নঙনা খঙদবা
নঙগী পুন্সিনা পীরিবা
ঐগী পুন্সিগী মহাউ
য়ৌরক্লি হৌজিক্তা ঐঙোম্দা ॥

মতম অমদা মখায থায়না
মমাশিজ লৈশাবিঙৈদা
লাংতক্লখিবা পুন্সি
অপাম নুংশিগী চাংয়েংদা
ঙাইঙমদবা মতৌশিং
ঙম্নমক পুন্সিনি - পুন্সি ঙাক্তনি
মহাউ মশক ইখঙ-খঙখিদবা
নীংশিংবগী পূকৈদি ওইহৌরদবা ॥

কল্লকখ্রেদা পুন্সি
পাম্মূখ্রেদা পুন্সি
হিংনীংঙিদা পুন্সি
হিংদুনতা লৈনীংঙিদা
হিংবদা বারে হায়খিবরা ঐবু ??

রাবন্না পুন্সি
লুপ্লাবী অমা ওইবগী
শেল লৈতবগী
চানবা মরাং কায়দবগী
অঙাংশিংগী অপাম্বা পীবা ওমদবগী
মদুগী লাংদা পুখিবনি ঐ
খঙলুবনি পুন্সিগী মহাউ নঙগী !!

মহাউ - পুন্সিগী মহাউ !
ঐনা ঐবু খঙবা
ঐনা নঙবু খঙবা
ঐনা মাবু খঙবা
ঐনা অমসু অমসু খঙবা
মসিগী মহাউ
কৈদৌঙেদসু লোইরোই
যৌরকপদবু মঙাইরি ॥

হায়বদি হায়রই
'নঙসে পাখং ওইরিঙেদা খেংনরম্রবদি'
ঐগী বাহৈসিদা
মাগী মোমোম্রবী মায়খোং
মদুগী মহাউ
হৌজিক্তা যৌরক্লি ॥

তাং ১৫।৭।৯৮ ইং

# (৮৭)

# ফজবী

ফজবী ! হো ফজবী !
নঙমুক ফজবী উদবী অনিশুনা
হো ফজবী !!

মায়খোংসু মোমোন, মিৎয়াসু মোমোন
মোমোন মোমোন অসুম অসুম
কনাবু ঙাইবনো
য়েংবগী পেনবা লৈতে ।।

মাঙদৈ য়েংলে মায়খোংগী ফজবা
তুংদৈ য়েংলে শয়াংগী ফজবা
হো ফজবী !
নঙমুক ফজবী উদবী অনিশুনা
হো ফজবী !!

কনাগী নাপদা খেৎচনীংবা নাচোম
লৈগী নাচোম - হো লৈসিবু লৈসিবু
মাঙদা মিৎয়েংবু শুল্লিবা
করম্বনো নঙনা, কনানো নঙবু ??

শয়াংনা খুম্রে শয়াংগী ফজবা
শমজিনা লৈরে শমজিগী ফজবা
হো ফজবী !
নঙমুক ফজবী উদবী অনিশুনা
হো ফজবী !!

তাং ৭।১।২০০০ ইং

# (৮৮)

# অমম্বা

মাঙদা উরিবা -
অচৌবা মানবশিংসে, অঙম্বা মানবশিংসে
অমম্বা কৌই মখোয়গী মিংদি
খুন্নাইসিদা অমম্বা পুরক্লিবা
ঈশ্বরগুম উরি মীনা ভক্তি তৌরি
চানীংবা চারি, তৌনীংবা তৌরি ॥

ঐখোয় লমজেন চেল্লি
পচ্ছুংফমগী ওন্ন তৈনবদা ;
খঙদ্রমানে অচৌবশিংসে, অঙম্বশিংসে !
থম্মোইনা ৱায়েনশিরা
ঈনা লমজিং-লমতাকসিরা
তৌফম খঙদরে, খোঙথাং লেপ্লে
ৱাখল থোক্তরে, ৱারেপ লৈতরে
মাঙদা উরিবা -
অচৌবা মানবশিংসে, অঙম্বা মানবশিংসে
অমম্বা কৌই মখোয়গী মিংদি ॥

খল্লিয়ে মখোয়না
খন্দ্রবসু খনবগুম থবক্লা উহল্লিয়ে
ঐখোয় করম্না চাউখৎকনি
ঐখোয়গী ইহুম চাউরকান্দা চাউখৎকনি
ইশাগী ইহুম হান্না চাউবা তাবনি ;
মসি নত্তরা ? নত্তরা ??

মখোয়না মকোক থোংনা লৈরমগনি
যমরাজগী ৱায়েন লোইশঙদা
মায়োক্নবা ঙমদনা মায়থোং লুরুক্কনা
লোইশঙগী ৱাহং কয়া কয়াদা
অমম্বা কৌই মখোয়গী মিংদি ॥

তাং ৪।৪।৯৮ ইং

## (৮৯)

# আর

*নঙদি পাঙদে, নোংমৈ পায়দে*
*ঐদি থৌনা ফৈ, নোংমৈ পায় ॥*

কাউগনু নোংমৈ পায়দবা নঙদি
মরৈবাক নীংবা য়াদে
মজাতি নুংশিবা য়াদে
নোংমৈ পায়য়ুনে নরৈবাক নীংগে হায়রবদি ॥

দোং দোং কাপকনি
কাপনীংবা মায়কৈদা
কাপনীংবা মীশিংদা
ঈরৈবাক্কীদমক ! ঈরৈবাক্কীদমক !!

ইরৈবাক্তি ঐখোয়না নীংলিনে
নোংমৈ পায়বা ঐখোয়না
নখোয়না নরৈবাক নীংবা য়ারোইনে
পাঙদবা নখোয়না নরৈবাক নীংবা য়ারোইনে ॥

আর কদায়বু কৌবগে ?
পম্বুং লৈতববু আর কৌই ;
নোংমৈ পায়দবা নখোয়দি
আর য়াওবা য়াদে
আর খঙফম থোক্তে ॥

মরু খরসু কাপথোক্কনি
হিংলবসু কায়দে
শিরগা শিজখ্রেদনা
শিগদবা লৈরবা মশেন্নিনে ॥

কনাগুম্বনা হংলকপা তারবা
'নখোয়গী পান্দমবু করিনোনে'
খুমগনি ঐনা, ঐখোয়না
'মদু হংলক্কনু, মদু হংবা য়ারোই
ফাগীরা ঐখোয়না তৌরিসিবু
ঐখোযগীসি আরনিনে
ফংলগা খঙগনি ঐখোয়গী পান্দমদি' ।।

আরগী পান্দমদি
মীবু নুপীবু অঙাংবু কিহনবনি
কিহন্দ্রবদি পম্বুং য়ৌদেনে আরগী
শেল পীযু নৎত্রবদি হাৎকনি
খোন্দা থীনা ধমকা তৌদুনা
মীবু পূক্লীং লৈতাহন্দবনি - খঙলবরা ?
খোন্দা থীদ্রবদি শেল ফংদে
শেল ফংদ্রবদি আর য়াদেনে - খঙলবরা ??

আরগী হৌরকফমদি ফজবনি
মিৎলু পিরাং শিঙ্খনি
ব্রারীদু, খৌদোক্তু খঙলগা
আরগী ব্রারোইশিন ফজনিদা ফজনিদা ।।

আর ষ্টেন্দস ফোর রেষ্টলেসনেস
আর ষ্টেন্দস ফোর রেন্সম
আর ষ্টেন্দস ফোর রেসিএলিজম
আর ষ্টেন্দস ফোর রাইওটিজম
আর ষ্টেন্দস ফোর রাসকেলিজম
আর ষ্টেন্দস ফোর রিগ্রেসন
আর ষ্টেন্দস ফোর রিটেলিএসন
আর ষ্টেন্দস ফোর রুথলেসনেজ
ওইনীংবা অমা হেক্তা ওইবা য়াই
ঐখোয়গী আরদি
দিস ইজ অব্রার আর ।।

তাং ৩১।১২।০৬ ইং

(১০)

# পুন্সি খোঙচৎ

পল্লেপফম খঙদ্রবা পুন্সিদা
করিবু কান্নরি য়েংশীনবা
অমগা অমগা অমনা অমদা
অমর নত্তে মীওইবা ॥

চৎনরি পুন্সি ঈপাক্তা
পুন্সি- পচুংফম য়ৌনবা
ৱাখলগী হিনাউ তোংদুনা
আশাগী নৌরেন পাযদুনা ॥

কদোমদনো লম্বী কদোমদনো পচুং
লম্মুক্লদবা কনানো পুন্সি ঈপাক্তা
নীংঙমদ- মৈশা ফংদবা কনানো
মীওইবা পুন্সি ফংঙমদ মপোকসিদা ॥

ঙরাংনা মোমোন মীনোক তল্লি
ঙসিনা পিরাং- পিবোযনরি
অসি ওইরেকো পুন্সি খোঙচৎ !
পল্লেপফম খঙনা যৌঙমদ্রবসু কোঙ্গাইনি !!

হৌরকফম পচুংফম মান্নদে
চঙজফম য়ারেকফম তিন্নদে
খোঙথাংসু মখল মখলনি
মোমোন-মীনোক-মীশা মরক্তা
থাংলিবা পচুংফম য়ৌননবা ॥

মায়োক্লরি হিংনবগী লালফমদা
লৈখা তারবা পুন্সি কযা
খিনরি পুন্সি-লম্বী
তেল্লবা পুন্সি খোঙচৎসিদা ॥

তাউখরি পুন্সিগী ঈচেলদা
আশাগী পামেল পুদুনা
থারুনি শিদ-উপাল
থরায়না তাবা পম্বুংদা ॥

তাং ৫।৭।৯৮ ইং

(৯১)

# মিছ্‌ছ কোল

মথং মথং হংলদুনা
কনাগুম্বা অমগী মোবাইল নম্বর
অনৌবা সিম কার্ডতা
অঙনবা অয়ুক অমদা
থাজিল্লুই মিছ্‌ছ কোল অমা
নীংশিংলক্তুনা করিগুম্বা খর ।।

ঙৈহাক লৈরগা কোল অমা লাকই
মোবাইল অদুমক্তদগী - মিছ্‌ছ কোল পীরুবা
খুম্বিরুদে - ককথৎলুই
ককথৎফমদুদা মেৎলদুনা ;
অমুকসু থাজিল্লুই মিছ্‌ছ কোল অমা ।।

মতুং ইকুই কুইদনা
অমুকসু থাজিল্লুই
হঞ্জিন হঞ্জিন মিছ্‌ছ কোলশিং
অমগী মথংদা অমা ।।

অথেঙবা অহিংদসু
থাজিল্লুই মিছ্‌ছ কোল অমা ;
শাউরবরা করিনো
কোল অমা লাকই
খুম্বিরুদে - ককথৎলুই
ককথৎফমদুদা মেৎলদুনা ।।

মতুংদা মেসেজ অমা লাকই
'হু আর য়ু? প্লিজ হোলদ মোবাইল ;
অদরবাইজ প্লিজ দোন দিসতব মি অগেন'
মসিবু নুংশি-পাউদগ্রা ?
ঐঙোন্দদি ওইরিনে নুংশি-পাউদম ।।

মিচ্ছ কোলশিং অদু
মতম অমগী নুংশি লম্বীন।
নীংশিং-লম্বী ওনখ্রবদা
পোত্থাফম খঙখিদ্রবা অহিং কয়াগী
নীংশিংবগী ঈচেল হাপলিবনি
খঙলমগদরা মহাক্তি ??

খুম্বিরুদবা মোবাইল কোল অদু
মতম অমগী ওইনজখিবা কয়ানা
পুন্সি বারী ওইখ্রবদা
ঙসিগী ওইবা ঐগী-মাগী পুন্সিগী
নুংশি-মৈচাক হাপলিবনি
খঙলমগদরা মহাক্তি ??

তাং ১৪।১।০৭ ইং

## (৯২)

# অঙ্ক

থেংনররি পুন্সি অসিদা
অঙ্ক ময়াম অমা
মোমোন মীনোক্কী অঙ্ক
খোঙথাং চুমখিবগী অঙ্ক
পুন্সি লম্বীগী অঙ্ক
অঙ্ক ! অঙ্ক ! অঙ্ক !
অঙ্কগী অঙ্ক ঙাক্তো
অঙ্কগী ফল তাবা
অঙ্কগী ফল তাদবা ॥

নোংমগী শুরগা চাবা
অঙ্ক ফল তারে চাবা ফংলগা
অঙ্ক ফল তাদ্রে চাবা ফংদ্রবা ॥

মতমসিগী মীখাপোনবা - পোম্দববু
হোৎনরি অঙ্ক - অঙ্ক হৈবশিংনা
কায়রবা থম্মোই পুদুনা চৎনরিবা
অৱাবা ঈথক ঈপোমগী চাংজৌরক্কুদা
হোৎলিবনিনে অঙ্ক
ফল অমদি ফংনবা ॥

অঙ্ক ফল তাদ্রবা
শিঙ্গররনি পিরাং;
অঙ্ক ফল তারবা
নোক্করনি মোমোন মীনোক ॥

ফল ! ফল ! ফল !
অঙ্কগী ফল !
ৱাখল পোমাই হাংদোক্লরদুনা
হোৎনরকই অঙ্ক
অঙ্ক ! অঙ্ক ! অঙ্ক !
ফংননবা অঙ্কগী ফল ॥

শিজিন্নরি খূৎলাই ওইনা
অচুম্বা, নুংশিবা, ফজবা
দান, বলিদান !
কর্ম্ম, পীনহৈবা, কখোকপা
ফংননবা অঙ্কগী ফল ॥

থৱায় পানবগী অঙ্ক
থৱায় পান্দবগী অঙ্ক
থৱায় পালহল্লি অঙ্কনা
থৱায় মুনখি অঙ্কনা ॥

মখল মথেলনি অঙ্ক !
অঙ্ক ! অঙ্ক ! অঙ্ক !
পুন্সিগী অঙ্ক !!

তাং ২৯।৭।৯৭ ইং

# (১৩)

# চাংদম্নরুবদা

চাংদম্নরুবদা
নুজা'ই ইকাই-নুংশি মতৌগা
পুন্সি মীনোক-মীশা খৌদোক্কা
তারি মমিসে ঐঙোন্দা অসুম্না -
অমনা হাঙলবা থম্মোইনি
অমনা কায়রবা আশানি ॥

হাঙলবা থম্মোই, কাযরবা আশা
অনিগী মরক্তা লেপলি ঐ
লেপখিনি ঐ ॥

নুংশুক নুংজানবী মায়খোং মাগী
মোমোক মীনোক্নবী মায়খোং নঙগী
কয়াদা খেন্নরিবা, কয়াদা লাপ্পরিবা !
অনিগী মমি তাহৌরে থম্মোইদা ;
কুমওন বসন্ত কয়ানা
লেপ্পা লৈত্রবা মীকপ মীরাউখোল কয়ানা
চামখোকপদি ঙম্ররোই মমিসে !!

খোয়দাজরুবনা থাজ-মানবী মায়খোং
ঙাইজরুবনা থাবলনা চাম্রবা থরো
য়েংজরুবনা অয়ুক্কী লৈরাং-লৈকা
লেপ্পরোই ঐশু শিন্থবা পিরাংদি পুন্সিগী ॥

তাং ৩।১১।৮৬ ইং

(১৪)

# ঐ হিংদবা য়াদে

ঐ হিংদবা যাদে ।
নোংমৈ মরকসিদা
হুরানবা মরকসিদা
খদ্রক-মদ্রক মরকসিদা
মফম-মবাং খঙদবা মবকসিদা
ঐ হিংদবা যাদে ॥

ঐ হিংদবা যাদে ।
থম্মোইবু নীকহল্লসু
কোকপু ঙাওহল্লসু
নোংমৈনা নম্লবসু
ঐ হিংদবা যাদে ॥

ঐ হিংদবা যাদে ।
ইচা যোক্তবা যাদে
নুপী শেন্নদবা যাদে
ইমাগী সেবা তৌদনা যাদে
ইপাগী সেবা তৌদবা যাদে
মীযামগী থবক তৌদবা যাদে
মরূপ মপাঙ উনদবা যাদে
যাদে যাদে যাদে ॥

মৈনি কয়া পাইহবকসনু
মৈজাউ কয়া হৌবকসনু
নোংমৈ খোঞ্জেলনা নাকোং যৈহল্লকসনু
ধপ কযানা ঐবু কিহল্লকসনু
ঐ হিংদবা যাদে ॥

ঐগা ঐগা য়ানদ্রবসু
নঙগা নঙগা খৎনরবসু
কনাগা কনাগা করি তৌনরবসু
মাগা মাগা মূক্সরবসু
ঐ হিংদবা য়াদে ॥

কৌরসু লাকপিনি
চত্তসু কুশিনি
খুকউদা নমলে খুকউ কাযজসনু
থবাক্তা নমলে থবাক তেকচসনু
অদুবু ঐ হিংদবা যাদে ॥

নঙগী নপা ওইবল্লদি
নঙগী তামো ওইবল্লদি
নঙগী মামতোন ওইবল্লদি
ঐঙোন্দা ওৎলিসে হেক হাযবু
পাণ্ডবনিংনা ঙমদে তশেংনা পাণ্ডবনি
অদুবু ঐ হিংদবা যাদে ॥

কাউগন্নু, কাউনগুমসি - কাউনগুমসিকো
নঙগা ঐগা মান্নদে
নঙদি কোক যাওদে
খন্থনবা শক্তি লৈতে
নোংমৈনা হাযবা ইনবা নঙনি ;
ঐদি ঐগী পরমাত্মা লৈজৈ
ঐনা ঐবু থাজজৈ
অদুনা ঐ হিংদবা যাদে ;
চাবসু চাদ্রসু, থক্লসু থকত্রসু
ঐ হিংদবা যাদে ॥

মেসেজ ওইনা থারক্কেবা মোবাইলদা
কোল ওইনা পীবক্কেবা ফোন্দা
লখা কিহল্লু, লখা হায়রকউ
থোঙান্দা নোংমৈ কাপশিল্লকউ
য়ুমদা বোম লংশিল্লকউ
অদুবু ঐ হিংদবা যাদে ॥

উনসি - উনগে উনবোই ঐগী কুশিনি
চৎলুসি - চৎকে চৎলোই ঐগী কুশিনি
কাপথৎলুরা - কাপকে কাপ্লোই নঙগী কুশিনি
অদুবু ঐ হিংদবা যাদে ॥

মতমগী চৎনবী ওইবিবা -
মীনা মীবু কিহনবিবা
মীনা মীবু ললোনবিবা
মীনা অশোনববু তুহৎপিবা
মীনা অঙাংবু ফাবিবা
মবম ইচা-চাদনা
মরম ইরৈ লৈতনা
রেন্সমগীদমক, বেন্সমগীদমক .........
তোক্লসি, থাদোক্লসি, চাং য়েংলগুমসি
হিংদবা যাদ্রবা ঐসে
হিংনীংনা অমুক্তা হিংজগে ॥

তাং ২১।৭।০৬ ইং

## (১৫)

# অপাম-পাময়দ

ঐনা পাম্মি -
অর্থ - হিংবগী অর্থ
ফজবা - ফজবদৈ ফজবা
চান্নবা - চান্নমিন্নবা
নুঙাইবা - নুঙাইমিন্নবা
মঙাল - মূৎপা লৈত্রবা মঙাল
হরাউবা - হরাউমিন্নবা
নোকপা - নোকমিন্নবা
স্বব হোনবা - শাংনা শাংনা হোনবা
হাৎনদবা, শিদবা
ধর্ম্ম লিংদবা, লৈতবা
অমর - মালেমদা অমর অমসু অমসু
শান্তি - মতম চুপ্পগী শান্তি
ঐনা পামদে -
নুংশিনদবা অমগা অমগা
অথীবা - য়েংনীংদবা অথীবা
খৎনবা - পঙখত্তা খৎনবা
অৱাবা - ৱাবদৈ ৱাবা অৱাবা
অমমবা - পুম্নমক মম্নবা অমম্বা
শাউবা - শাউবদৈ শাউবা অশাউবা
ধর্ম্ম - মখল খূদিংগী ধর্ম্ম
লুপখিবা - পৃথিবিনা লুপখিবা
পোক্লকপা - পৃথিবি লূম্নবা মচাশিং
নুংশুক নুংজানবা মতম খিবিক্কী
কপ্পা - কপতুনতা লৈবা
লাল - মিৎকুপ অমফাওগী লাল
শিবগী মরম খিবা ॥

তাং ৫।২।২০০০ ইং

## (৯৬)

# ঐখোয়-মখোয়

নাশিক পান্বী থাই ঐখোয়গী মন্ত্রীনা
টীক পান্বী থাই মখোয়গী মন্ত্রীনা
বিজুলি মৈ হুরাল্লি ঐখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারনা
বিজুলি মৈ হুরানবা ফাই মখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারনা ;
ঐখোয কনানো ?
মখোয় কনানো ??

ঐখোয় মশেন হাৎনৈ - ঐখোযগীনা
মখোয মশেন কন্নৈ - মখোয়গীনা
ঐখোয় কনানো ?
মখোয় কনানো ??

ঐখোয়না তলব চায থবক তৌদনা
মখোযনা তলব চায় থবক তৌরগা ;
কোয়লাশ থাই পানা পানা
ঐখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারনা ;
কোয়লাশ থাই মরাক চপ্পা চপ্পা
ঐখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারনা ;
কোযলাশ থাই থানা থানা
মখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারনা ;
কোয়লাশ থাই মরাক পাক্লা পাক্লা
মখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারনা ;
ঐখোয় কনানো ?
মখোয় কনানো ??

উইনা উইনা চেল্লিবা বস মনুংদা
খঙবা ঙম্মী বসকী খোঞ্জেলদা
ঐখোয়গী লমনি মফমসে
মখোয়গী লমনি মফমসে
ঐখোয় কনানো ?
মখোয় কনানো ??

অনাবা কোনশিল্লি ঐখোয়গী ডাক্তরনা
প্রিসক্রাইব তৌই হিদাক মখল মখেল য়াম্না
টেষ্ট তৌই মখল শুনবা
চঙহল্লি শেল হেন্না হেন্না
কনানা - ঐখোয়গী ডাক্তরনা
তানদে ডাক্তর অমগা অমগা
অনাবদুগী মরমদা, লায়যেংদুগী মরমদা
কনানা - ঐখোয়গী ডাক্তরনা ;
অনাবা লায়য়েংঙি মখোযগী ডাক্তরনা
প্রিসক্রাইব তৌই হিদাক যামদনা
চঙহনদে শেল হেন্না
কনানা - মখোয়গী ডাক্তরনা
তানৈ ডাক্তর অমগা অমগা
অনাবদুগী মরমদা, লায়য়েংদুগী মরমদা
কনানা - মখোয়গী ডাক্তরনা ॥

মৈ হুরাল্লি ঐখোয়গী বিজুলি কনজুমরনা
মখল মখেন্দা হৈজবমখৈ শিজিন্নদুনা
তেপ্পিং তৌই মিটর য়ৌদ্রিঙৈদা
মশানা মশাবু কাউথোকই
অপঙবনি খন্নে খাজনা থীবা কাঙবুবু ;

মৈ হুরানদে - মৈ হুরানবা হৈরসু
মখোযগী বিজুলি কনজুমরনা
চাউখত্তবগী খূদম্নি হায় মৈ হুবানববু
মশানা মশাবু মশক খঙজে
ইকাইনৈ মৈ হুরানবা
থীদোক্লে খাজনা মতম চানা
ঐখোয কনানো ?
মখোয কনানো ??

'কীপ য়োব সিটি ক্লিন'
ঐখোযনা হায - মখোযনসু হায
ঐখোযনা থবক ওইনা তৌদে
চেথী চেবাং চেবং উবগা
মহৈ মহৈ ঙাঙনৈ ঐখোয অমগা অমগা
'মুনিসিপালিটি থবক তৌদে' ;
চেথী চেবাং চেরং তাহন্দে মখোযনা
দষ্ট বীন থিবগা
মহৈ মহৈ হাপচিন্নৈ
ঐখোয কনানো ?
মখোয কনানো ??

লোড শেদ্দিং - লোড শেদ্দিং
নজবি কেজিগী অঙাং ফাওবনা খঙঙি
লোড শেদ্দিং কবিনো
কবম্বা অঙাং? ঐখোয়গী অঙাং ।।

লোড শেদ্দিং লৈতে মখোযগী
লোড শেদ্দিং কবিনো খঙদে মখোযনা
ঐখোয কনানো ?
মখোয কনানো ??

তাং ১৬।১।০৭ ইং

(১৭)

# লেঙখৎপিরো ইমা

লৈকংলাদা শিদ-হিদাক ওইবী
লৈকং থম্বাল শাৎলরে
ঙমদরে পাপচেল্লবা খূৎসিনা
হেক্কুবা লৈকং-থম্বালবু ॥

হো ইমা, ইমা ! লেঙখৎপিবো ইমা !
হেকপিবরো লৈকং-থম্বালবু ;
লৈকং থম্বালদি শিদ-থম্বালনি
লৈনা চামনিপান পানবী শিদ থম্বালনা
খিকপিররো নচা'ই হকচাংদা
কোকহনবিরো নচা'ই নরাল ॥

লাইজথক্কী থম্বালসে
লৈনা খূদিং খুইরম্রে
অনুতাপশী মৈশা লাংলবা মৈরিনা ;
হো ইমা, ইমা ! লেঙখৎপিরো ইমা !
কৌবিররো কুমগী নোং
চুহনবিররো শান্তিগী নোংলিক
মুৎহনবিররো অনুতাপকী মৈরি
শাৎকায়হল্লররো লাইজথক্কী থম্বালসে ফুগায়না ॥

তাং ১৪।৪।৮৩ ইং

(১৮)

# নীংশিংলি অদুদৈঙে মতমদো

নীংশিংলি অদুদৈঙে মতমদা
লৈকোন-লৈরাংনা লৈকাফম্লিদৈঙে
শিঙেলনা নারক্তা নীংতমজরিদৈঙে ।।

ফংজগে খন্দুনা
শাৎকাযরবী লৈরাং লৈনম
উজগে খন্দুনা
শিঙেলগী উজনীংবী মাযথোং
লেনখিবনি বসন্ত'ই লৈকোল্লক্তা
খাঙখিবনি ৱাকচিং' উল্লেল্লক্তা ।।

যেংজগে খন্দুনা
লৈবাংগী ফজবা শিঙেলগী নিংথিবা
হন্না হন্না যারেকখিবনি
লৈবাংগী লৈখোঙদা, শিঙেলগী শঙ্গাইদা ।।

তাং ১৮।৭।৭১ ইং

## (১১)

# মৈশা

কাথেক্লে খুন্নাই অসে
মৈশা অমনা ;
মৈরি য়াওনা চাকলবা
শারবা মৈশা অমনা ॥

করম্বা মৈশা
ওৎপী-নৈবীবগী মৈশা
হক-মৎপীখিবগী মৈশা ॥

কদোমদা মৈশা
নীংতম্বা ফংদ্রবশিংদা -
নীংতম্বগী মহাউ খঙদ্রবশিংদা ;
চবাম-চদৎনববশিংদা -
পুন্সিগী মহাউ খঙদ্রবশিংদা ॥

কদাযদগী মৈশা
অচৌবশিংগী স্ববদা যাওবকপা মৈশা
হেক্সিন্না চাশিল-থকচিল্লুবগী অহেনবা মৈশা ॥

কদায কদাযদা মৈশা
খুন্নাই শিনবা থুংলবা মৈশা
কাচিন-কোযাদা ওমলবা মৈশা ॥

কবম্না মৈশা
চাক্লিবা থম্মোই থম্মোইদা
ওম্লিবা পূক্নীং পূক্নীংদা ॥

কনা কনাদি নীংতম্রি
ৱাহং'সিমগী পাউখুমদি
মৈশা ফংদবা মখোযনা পীবসনু ॥

তাং ৪।৬।৯৮ ইং

# (১০০)
# লাক্লোইদবদি নঙতনি

ঙসিগী অহিং - পুর্নিমাগী থাবল
কুমওন খূদিং লাকখিনি
শান্তিগী মপাউ পুরদুনা
লাক্লোইদবদি নঙতনিকো ॥

পিরাং শিন্থবি, লেপ্লো যাদরি
লেপ্তুনা শিন্থবি মাযথোং চোন্না
করিগীনো খঙদে, মসিরা নুংশিবা
হো নুংশিবা ........ ॥

থাযনগী লৈরাং অমনবীনি
মল্ল মল্ল লৈনুংশিনি
লৈশক লৈচু মান্নবীনি
লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নখি মতমদো ॥

ৱারৌ ৱাকৎ থম্নগুমসি
লৈরাং লৈকৎ লৌনসি
হৈবাং হৈকৎ লেপলোইসি
মপোক লাংওন তিন্নসি ॥

তাং ১০।৫।২০০০ ইং

# লাইরিক অসি পাবিরবদা

পৃথিবিগী 'ডিক্সনারি'দা 'ঈরাতা' য়াওবসি মণিপুরি 'ডিক্সনারি'দা থেংনৈ । অঙকপা হায়বদুনি । লাইরিক অসিগী বানান অসি শকনাইরবা মৈতৈ/মীতৈ অইবা অমগী মণিপুরি 'ডিক্সনারি'দগী লৌখৎচবা বানানশিং ঙাক্তনি । অদুবু 'ঈরাতা' য়াওবা 'ডিক্সনারি' ওইরম্রে - মদুসু লাইরিক অসি 'প্রিন্ট' তৌবা লোইরবা মতুংদা 'ঈরাতা' য়াওই হায়বসি থেংনজরকপনি । লাইরিক অসিদা বানান অসি য়ারিবমখৈ লানদনবা হোৎনজবনি । বানান লাল্লমবা কয়া য়াওরবসু অপাবশিংনা ঙাকপিনবা কোক নোঞ্জরি ॥

লোলগী মতাংদা খরদং পঞ্জগে । 'লোল হায়বসি হৌরিবা পাম্বী অমগুম্বনি' - নোংম-নোংমগী চাউখৎলক্কদবা, নোংম-নোংমগী ইনখৎলক্কদবা । কনাগুম্বা অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়বিখিবা থেংনখি - 'ইবদা ৱাহৈ অসি য়াম্না চেকশিনগদবনি । পঙই ইবা য়াদে । ঐখোয়গী অশেংবা ইরোলদু ইগদবনি' ।

মতাং অসিদা পঞ্জনীংবা খরদং - 'এরোপ্লেন' হায়না ইবদা লানবরা ? 'কমপুট্যর' হায়না ইবদা লানবরা ? 'টেবল' হায়না ইবদা লানবরা ? লাল্লগনা করি করম্বা ৱাহৈশিংনা শিনগদৌরিবা ? শিল্লিবা ৱাহৈশিংদু কনানা পামগদৌরিবা ?

অদুননি 'লোল হায়বসি হৌরিবা পাম্বী অমগুম্বনি' হায়না প্রমাণ তৌজরিবসি । লোল হায়বসিদি নোংম-নোংমগী চাউখৎলক্কদবনি, ইনখৎলক্কদবনি, পাকথোক্লক্কদবনি । হৌজিক্তি 'এরোপ্লেন, কমপুট্যর, টেবল, গেট, স্কুটর, আলমিরা, ফার্ষ্ট ফ্লোর, থার্ড ফ্লোর, অফিস, পেগ, এয়ারপোর্ট'গকা হায়রিবা পুম্নমকশিং অসি মণিপুরি লোল ওইরবনি । অদুনা 'অহল ইবুংঙো' হায়বা ৱাহৈসিসু মণিপুরি লোলনি । 'অহল ইবুংঙো' হায়না শিজিন্নবসি লানবমক নৎত্রবসু ফজদবা লোলনি; অসিগুম্বা লোল ইপা-ইপুশিংনা শিজিন্নরক্তে হায়না স্কোলার অমনা হায়বিখিবা ঐহাক ইশামকনা লাইরিক ফোঙবা অমখক্তা থেংনজখি ।

---

**অচাইবা লৈ**

‘ইপঙৌ ইবুংঙো’, ‘অহল ইবুংঙো’গকা হায়বা ৱাহৈশিং অসি মমাঙঙৈদা শিজিন্নরমদ্রবসু ফজখ্রবা ৱাহৈনি – হৌজিক শিজিন্নবদা কায়দবরা হায়না খল্লি। ‘অবোক ইবেম্মা’ হায়বসি পকচৈ। ‘ইবুধৌ ইবুংঙো’ হায়বসিদি কয়া শমজিন্নদগুম তৌই। অদুবু ‘ইবুধৌ ইবুংঙো’ হায়বা ৱাহৈসি ইবিরকপদা লাল্লি হায়না কনানা য়েৎকদৌরিবনো ?

অঙাংশিংনা, পাখং মচাশিংনা শিজিন্নবা ৱাহৈ/ৱাহৈশিং কয়া অমসু লৈরি। খূদম ওইনা –

১) মখোয় অনিদি ‘লভ’নরিবনি।
২) ‘শাই’ চারুসি লাকও।
৩) ‘মসিমদি ‘লাইক’ চাই।
৪) নঙফাওদি ‘হেড’ চাকইহৈ।

অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি মতম অমদদি যাম্না ফজবা ৱাহৈ ওইরকপসু য়াই। ঈশৈ মতেক খর য়েংসি –

১) চাক্লেনে ‘ হেড’সে লৌখ্রবদা থম্মোইসে
২) ‘চোরি’খরে ঐগী থম্মোই
৩) ‘লভ’চরুবা কনাগুম্বী অমদা
৪) ‘লেগযে’ ঐগী মিৎল্লা
৫) ‘ টেক’খরে ঐগী থম্মোই

অসিগুম্বা ময়েকশিং অসিসু মতম অমদদি যাম্না ফজবা ঈশৈ ময়েক ওইরকপসু য়াই।

মথক্কী ৱাহৈশিং, ঈশৈ ময়েকশিং অমদি অতৈ অতৈ ঐখোয়না শিজিন্নবা ঐখোয়গী ইরোল অশেংবদি ওইদবা ৱাহৈ কয়া অমা লৈরিবসি মণিপুরি লোল ওইনা লৌশিনবদা করি অকাযবা লৈফম খোকপগে ? ইরোল অসিগী পূক্কে হেনগৎপনি হায়না খন্নরগা মণিপুরি লোলনি হায়না ‘দিক্কার’ তৌথোকপদা নৎত্রগা য়ানবদা করি অকায়বা লৈবগে হায়না অপাবশিংদা ‘আপিল’ তৌজরি ॥




তাং ২।৫।০৭ ইং

মীয়ামগী সেবাদা
জে এস কোন্সম

---

[illegible]

## ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মনিপুরগী পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

| সে: নং: | লাইবিক্কী মমীং/ মখল | ফোঙবা তাবিক | অইবা/অইবী/এদিতব |
| --- | --- | --- | --- |
| *১। | চেহ্নবকপা শৈবেংগী ইচেল (শৈবেং) | ১৬/১২/০২ | কেশো সিংহ ইবেংবা |
| ২। | মৈবা পবেংগী থাওমৈ (শৈবেং) | ১৬/১০/০৩ | লৈশাংথেম ইবেয়াইমা |
| ৩। | মঙাল অমত্তং (শৈবেং) | ২৩/০২/০৪ | শগোলসেম বিলাশিনি |
| ৪। | ঙানু থঙ্গোংনা পাইব্রবদা (বাবি মচা) | ০৩/১০/০৪ | জ্যাতিশ্বর সৌবাম |
| ৫। | ইমাগী খোঞ্জেল (খোমজিনবা শৈবেং) | ০৫/১০/০৪ | কেশো সিংহ ইবেংবা |
| ৬। | মৌ ষ্ট্রাইক (প্লে) | ০৫/১০/০৪ | শগোলশেম মোহেন্দ্রো |
| ৭। | লৈবগে কদাযদা (শৈবেং) | ২১/১১/০৪ | বাজেন খুমুকচম |
| ৮। | Entrepreneurship Devt. (Gd. Bk) | 11/04/05 | R K Gunachandra |
| ৯। | নুংশি শকম (শৈবেং) | ১২/০৬/০৫ | রাজিবম মৈনো সিংহ |
| ১০। | মচু মচুগী সংসব (বাবী মচা) | ০১/০৯/০৫ | বাজেন খুমুকচম |
| ১১। | হৈবাং লৈবাং চীংগী লৈসিবঙন (প্লে) | ০১/০১/০৬ | হিজম শান্তিবালা দেবী |
| ১২। | লান খাম্মু ইমা (শৈবেং) | ১৪/০১/০৬ | তোঙ্গম সরোজিনি চনু |
| ১৩। | লৈচন (শৈবেং) | ০৪/০৬/০৬ | বাবুধন চিংঙাখম |
| ১৪। | তেংথাবোল (শৈবেং) | ০২/০৭/০৬ | জে: এস: কোজম |
| ১৫। | অমুবা কি গী আনোক (বাবী মচা) | ০৮/১০/০৬ | জে: এস: কোজম |
| ১৬। | অচাইবা লৈ (শৈবেং) | জুন, ২০০৭ | জে: এস: কোজম |

*১। ইমাখোল লিংখৎত্রিঙৈদা ফোঙখিবা লাইবিক ওইববসু ইমাখোলবু পোকহল্লীখিবা অমদি ইমাখোলগীদমক্তা কংথোক্লবা লাইবিক্কি লৌজদুনা ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মনিপুরগী লিষ্টতা হাপচিল্লবনি।

—ইমাখোল পব্লিকেসন্স